# ফুঙ্গা ৱারী

(অহ্ম শুবা)

এন বেমনী



**FUNGA WARI, ( VOL III)**

A Collection of Manipuri Folktales Written By-

**Mrs. N. Bemni Singha**

ফোংজবা — নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ জারিবোন মাইগৈদগী
এন মনিসানা সিংহ
মেসার্স, পশোৎ হেগুলুন
নতুনবাজার, হাইলাকান্দি



জুলাই ১৯৯৯

কোপী মশিং ৫০০

য়েকপা— এন নোংদোন সানা

হকপুন্নমক অইবীগীনি

মমল — লুপা ৩৫.০০

নম্ফম সিদ মপাও প্রেস
নতুন বাজার, রাজ্যশ্বরপুর, হাইলাকান্দি

নুংশিজরবা অঙাংশিংদা
খুদোল ওমজরি
" ফুঙ্গা রারী অহুমশুবা "

# থৌগল্লুপকী মাইকৈদগী

অইবা অইবীশিংবু শোগৎপা অমদি অফবা সাহিত্যগী পোথোক পুথোকপগী পান্দমদা খৃস্তচহী ১৯৯৩ দগী নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ, জারিবোল্লা চঙশিল্লকখি।

খৃস্ত চহী ১৯০৭ কী দিসেম্বর থাদা থৌগল্লুপকী পান্দম অসিবু হেন্না পাকথোক চাওথোকহন্দুনা 'অইবশিংগী পূক্লৈ' শেমখি। লমদমসিগী অয়াম্বা অইবা অইবীশিংনা য়াওরবা পূক্লৈ অসিগী পান্দমদি অমগা অমগা তেংবাংমীন্নদুনা লাইরিক ফোঙমীন্নবনি। পুথোকচরিবা এন বেমনীগী ফুঙ্গা ৱারাগী লাইরিক ফুঙ্গাৱারী (৩ শুবা) হায়বসি থৌগল্লুপকী তরাতরেৎ শুবা খুদোলনি।

লাইরিক অসিবু থৌগল্লুপকী মাইকৈদগী ময়ামগী মফমদা পুকচেল শেংনা লান্থোকচরি।

লাইশ্রমখুল

আগষ্ট ৮-১৯৯৯

বীরনে লাইশ্রম

জে: সে:

নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ

# ইশাগী ৱাহৈ খরদ

লাম্থোকচরিবা ঐগী নৌরবা খুদোলসি পাবিরিবা ময়ামনা তরাম্না লৌশিনবিগনী। লমদম অসিগী অইবা অইবী ময়াম লক্তুগী চাংদম্নবদা ৱাংলবা, ইশাবু মতিক চাদে খঞ্জরবস্তু ইনিংবগী ৱাখল অমদি নহারোল খোরজৈ থৌগল্লপ” না শিন লাংবিহুনা ঙসি পুথোবচবা ঙমজরে ঐগী ‘‘ফুঙ্গাৱারী অহুমশুবা’’।

লাইরিক অসিগী মমাংদা ফঙ্গারীৱারীগী লাইরিক অনিথকস্তু পুথোকচখ্রে। অহানবা ফুঙ্গাৱারীগী লাইরিক ফোংখ্রবগী তুংদা অতৈ লাইরিক পুথোকপগী ৱাখল নীংহন্নখি। নোংমা হন্দকতা নৌনা কামিনী কুমার নীংশিং মনা ফংখ্রবী ওঝা সনাময়চাগী য়ুমদা চংচরুবদা ওঝানা ঐদোন্দা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়াগা লোয়ননা ‘‘অতৈসু ইথিগদবনী, ইবা লেপ্লা য়াদে।’’ ওঝাগী ৱাতৈশিংনা অমুক নৌনা ইনিংবগী ৱাখল অমা ফাওহনখি। পুন্সিসিদা ওঝাগী লমনদি শিংবা ঙম্ররোই।

অরোয়বদা লাইরিক অসি ফোংবগী খুদোংচাবা পীবিবগী দমক নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপকী তৌবিমল কাঙজরোই লোয়ননা শিদ মপাও প্রেসকী থৌবুশিং অমদী নাওরেম নোংদোন সানানা মতেং কয়া পীবিবগী দমক থাগৎচরি।

এন বেমনী

## য়াওফম তাকপা ঃ

# কবোককী লোং

থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌপানবা লৈবাক অমদা হৈ শিংলবী লুখ্রাবী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী পঙবদা অমুক মাগা চাংদমনিঙাই লৈত্রবা মচানীপা অমত্তু লৈরম্মী। মম্মানা হৈ শিংসম্বু হায়না খোংথাং খুদিংগী তাকপি তম্বীবদা মুংদা ঈশিং চাইবগুম তাকপগা কাওবনা হাল্লি। লুখ্রাবীনা মচানীপা অপঙগী দমক থনবদা মতম পুম্বদা অর্রাবা পোৎসুম অমা ওইখি। নোংমা অপঙনা মম্মাদা তাকলমদনা মুম্বিদাং রাইরম কোম্বা থোকখি। মহাক্না ফনা থেংলক্কাউবদা ময়ুমদা হনজিনগে থনদনা পংচৎতা চৎলম্মী। লম্বীদা হুরানবা কাংবু অমা থেংনতুনা মহাকপু নিংথৌ কোন্নুংদা হুরানবা চৎলুসি হায়না হৌতুনা পুখ্রে। অহিং নোংম্মাই য়ৌরক্তুনা মীপুম খুদিংমক তুমংনগ্রবা তাঙ্গাদা নিংথৌগী শঙ্গায়দা মখোয়না শঙ্গুন তৌতুনা অপঙবু পোৎ হোন্দোরকউ হায়তুনা মঙ্গুম্দা থাজিনখ্রে। অপঙনা অকি অথং লৈতনা নিংথৌগী য়ুম মঙ্গংদগী সনা লুপা, মণিমুক্তা কয়া পুথোরকতুনা মপান্দা লৈরিবা হুরানবা কাংবু অতুদা শিন্নরম্মী। হুরানবশিংনা নিংথৌ মনাইশিং তাখিগনী বিত্তুনা সনা লুপা ময়ামশিংবু বোরা অমদা পিক থন্না হাপচিল্লগা মকম অতুদগী য়াংনা চৎখ্রসি হায়না ইঙ্গিত তৌমরকই। তাঙ্গা অতুদা অপঙনা

নিংথৌগী ফিজোল অমা কংনরুহনা শেৎচিল্লগা মথোয়গী মমাংদা থোরকলম্মী। হুরানবশিংনা অপঙবু ফিজোল অদু লৌথোকহন্দনা মফম অদুদগী য়াংনা চৎমিন্নখ্রে। কোন্নু-দগী ফনা লাপ্পা চৎলবা তুংদা মথোয় সনা লুপা, মণিমুক্তা শিংদু চপ মান্ননা য়েন্নরম্মী। অপঙগী শরুকতি নিংথৌগী ফিজোলদু মাগীনি হায়দুনা পীবিরে। মমল য়াম্লবা ফিজোল অদু ফংলে খনদুনা অপঙ হায়নিঙাই লৈতনা হরাওরম্মী। মমানা উরবদি হরাওনি খন্দুনা অপঙ চেন্না চেন্না ময়ুমগী থোঙাঙ্গ য়ৌথি। লুখ্রাবী মমাদু হুমিদাং চুপ্পা মচা হল্লকতবগী মুংনাঙবা রাখলনা তুম্বা য়াখিদে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবক্লবদা লুখ্রাবীনা মচা লাকপ্রা য়েংগে থোরকপদা মচানা নিংথৌগী ফিজোল শেৎতুনা চংলকপা উবদা খ্বাই লাউখ্রে। অপঙবু মমানা মখুৎ পায়দুনা ইমুংদা চিংদুনা পুশিনখ্রগা মরম পুন্না হংলম্মী। মচা অপঙনা হুরানবশিংনা মাবু পুদুনা নিংথৌ কোন্নুংদা হুরানবা চৎলুবগী ৱারী শিংদু মমাদা তমথোকলে। মহাক্না সনা লুপাশিংদি মথোয়না লৌহৌরে অদুগা নংথিরবা ফিজোল অসি এগী শরুক তমলকপনি হায়রম্মী। মমান ফিজোল অদুগা কোন্ননা য়াওরিবা সনাগী লিকপরেংশিংদু কৌথোরগা মফম চানা লোৎশিনখি অদুগা ফিজোল অদুবুনা মচা অপঙ খংহন্দনা লোম্না মৈ থাদোকখিরম্মী। লুখ্রাবীনা নিংথৌ মনাইশিংনা ফিজোল অদু থিবা লাকপদা মচা অপঙগা থেংনরবদি শোয়দনা হারদোক-খিগনী খন্দুনা লৌশিং অমা তৌরে। পোৎফম ফমলুবগী দমক থম্লিবা কবোক শুথোংদু লোম্না হুমাংদা পুথোকখগা কাবোক শিংদু লোয়না চায়থোকলম্মী। মহাক্না মচা অপঙবু কবোকনা নোংচুরে খুন্দুনা চাহৌরো হায়না কৌথোকই। মমানা কৌরিবদু তাবদা অপঙ হুমাংদা চেম্থোরকতুনা কাবোক শিংদু খুন্দুনা চারম্মী। অপঙনা অঙইবমক কাবোককী নোংনি হায়না মবুক্লিংদা

থাজখি।

নিংথৌগী মমল নাইত্রবা ফিজোল অতু মাংবা য়াদবনা য়ুমথোং খুদিংগী থিরুনবা নিংথৌনা মনাইশিং থাখিরম্মী। নিংথৌ মনাইশিনা য়ুম য়ুম খুদিংগী থিত্নুনা লাকপদা লুখ্রাবীগী য়ুম য়োৗরকখি। তাঙ্গা অতুদা লুখ্রাবীতু থবক অমা চথোকখিবনা ময়ুমদা লৈরমদে। নিংথৌ মনাইশিংনা অপঙদা নিংথৌগী ফিজোল থিবা লাক্লিবনী অতুনা নখোয়গী য়ুমদা চংতুনা য়েংবা তারি, নিংথৌগী য়াথংনি হায়রে। অপঙনা "এ ফিজোল অতুদি এৗনা হুরাল্লকতুনা ইমাদা পিশনখ্রবনী।" অপঙগী বা তাবদা নিংথৌ মনাইশিংনা ইমুংদা চংথিত্নুনা থিবদা কংম্রে। মখোয়না অপঙদা করি মুমিংতা হুরকপনো হংলবদা অপঙনা "কাবোকনা নোং চুবা মুমিংতুদা।" নিংথৌ মনাইশিংনা অপঙবু অঙাওবনী হায়না লৌরম্মী। মখোয়না "হে অঙাওবা করম্বা হাক্তকতা কাবোকনবু নোং চুনবগে" হায়রম্লগা হনখি। মখোয়না চংথিবগা লুখ্রাবীতু হল্লকলম্মী। মমা হল্লকগা অপঙনা রারীশিংতু তম্মী। মমাতু মচাগী পঙলিবতু উবদা মবুক্লিংদা মুংঙাইত্তবা থমতুনা নোকনিংখি। মমাগী লৌশিংদগী অপঙ নিংথৌগী চৈরাক কংখিদে। মমানা তুমিন তুমিন মতুংদা অতুঙ্ঘা হুরানবা থবকতু তৌদনবা মচাবু ভাব তানবা তাকপিরম্মী। নিংথৌগী লিক পরেং শিংতুগী মপান্দগী মমা মচানা মুংঙাইনা মপুন্সি লেনখি।

**❀**

# লমহৌই লৌশিং

থায়না অমাংঙৈদা নিংথৌ মচা অমনা মালেম থুংন কোয়নিংহুনা লৈবাক কয়া য়াংম লাম্না চংখিবনা চাউরবা ইপাব অমগী মপান য়ৌখিরম্মী। ইপাক অদু লাম্হোকনবা হি হোনব অমত্তা লৈরমদে। নিংথৌ মচা চিন্তা তৌহুনা ফমলম্মী ইপাব অদুদা লৈবা কুম্ভীর অমনা রাজকুমারবু উরদুনা মপান্দ তাওথংলক্লগা হায়রকই "নীপামচা করিগী অদুক অরাবা য়াথব ফমদুনা কপ্লিবনো?" রাজকুমারনা "ঐগী অরাবসি নংনা মতে পাংবা ঙমগদ্রা? ইপাক অসি লাম্হোকপিনবা হি হোনবা অমত্ত কৌবিগদ্রা?" কুম্ভীরনা "এঃ অদুগী ওইরে। ঐনা নংব শোয়দনা লাম্হোকপিগনী" কুম্ভীরগী মরা তাবদা রাজকুমারনা "অসিং ইরাই য়োরগা নংনা ঐবু চাগে হায়বদি কমদোবা?" কুম্ভীরনা ঐ করিসু চারোই হায়না য়াশকলবদা রাজকুমারনা থাজহুনা কুম্ভীরগী মনঙনদা তোংখংখ্রে। কুম্ভীরনা রাজকুমারবু পুরগা ইপাক অদুগী ইয়াই য়োরবদা চানিংলক্লনা "নীপামচা ঙসিদি ঐ নংবু চাবা তারেদো।" বা অদু তাবদা রাজকুমার কিবনা লরায়গী শম য়ুংলম্মী। মহাক্না লৌশিং তেহুনা খুমলকই "নংনা চারোই য়াশকতুনা ঐবু পুরকপনি অদুনা আদা মপান্দা শক্তিক চারিবা যণ অসিদা বিচার তৌহল্লগা মানা চাও

হ'য়রবদি ঐবু চাজো।" কুম্ভীরগী য়াহুনা রাজকুমারবু যগ অহুৎপী মনাক তায়া পুরক্লে। যগবু কৌরগা কুম্ভীরনা হাওরকই "ও যগ ঐনা পুরক্লিবা নীপাসি চাওরা চাগনুরা?"
যগনা খুমলকই "তাইবংমীনিবু হায়রবদি থাক্করম্ব চাথোকউ, মথোয়না ঐবু যম্পোৎ থোইহন্দুনা য়ায়া রাহল্লি। যগগী মরা তাবদা কুম্ভীরনা "তাররবরা নীপা মচা ঐ নংবু চাবা তারে।"
রাজকুমারনা ঙাইথো কুম্ভীর, আদা লাক্লিবা গধা অসিদা অমুক হংথিসি কুম্ভীরগী য়াহুনা গধা অহুনা মথোয়গী মমাক হেক য়োরকপগা লাওনা কৌরকই "ও গধা ঐনা ইপাক লাম্লোক-পিরকপা নীপামচা অসি চাওরা চাগনুরা?"
কুম্ভারনা লাওরক্লিবদো তারগা গধা অহুনমুক "তাইবংমী হায়বসি মীঙংশি থংদবনী। ঐবু মথোয়না নোংজু মুংশা থাক্তনা ইনজনদা অরুম্বা পোৎ পুহন্দুনা অরাবা পি অহুনা থাক্করম্ব চাথোকউ।"
গধাগী পাওথুম তাবদা কুম্ভীরনা "নীপামচা নংবু ঐনা শোয়দনা চাবা তারেদো।" মথোয়না ঙাংনরিবদু লমহুই অমনা মরুম অমদা লুমহুনা লোইনা তারম্মী। মচাক্না রাজকুমারগী মথক্তায় কনগে থন্দুনা মথোয়গী মপাদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী। রাজকুমারনা লমহুইবু উহুনা অস্তুম কুম্ভীরদা হায়রে "হে কুম্ভীর কপ্লিগুম্বা চা-য়েং অমা মাইথিরবদি অহুমরক য়েংঙু হায়নবা রা লৈ। ঐ নংগী নক্তদা অনিরক মাইথিরে অহুনা অহুমরক শুবসিদা আদা লৈরিবা লমহুই অসিদা অক্লুক্তংগা হংথিসি। মাগী পাউথুমদা চাও হায়ররক্রবদি নংনা ঐবু শোয়দনা চাথোকপিউ।" রাজকুমারগী রাহু কুম্ভীরনা চুম্মা থন্দুনা হন্দক্লিসিনা অরোইবা চাংয়েংনী হায়রগা লমহুইদা হংলকই "ও লমহুই চাংয়েংদা অনিরক মাইথিরবা নীপামচাসি চাওরা চাগনুরা?" লমহুইনা কুম্ভীরদা হায়রকই "ঐ নঙোন্দা পাউথোং অমা চনগে মহু ঙমলবদি নীপামচাহু থাক্করম্ব

চাথোকউ।" লমহুইগী রাজু কুম্ভীরন্ যারে। লমহুইনা নীপামচাহ্নদা য়েংলগা অশুম্বা হায়রকই "চোংদহ্নুনা উদবনী উরমবদি চোংলমগনি" রাজকুমারনা লমহুইগী পাউথোংহ্নু ভাব থংজা তারম্মী। কুম্ভীরদি লমহুইগী রাজাহ্নুনা উংহ্নুনা লৈখে। অাঙ্গা অহ্নুদা রাজকুমারনা কুম্ভীরগী মথক্তা লেপথংলগা মপাঙ্গন লৈজবী থাহ্নুনা অমুক্তং চোংথিবদা উচিন নাচিন ইপাকতুগী মপান্দা তাহ্নুনা কাথংথিরম্মী। লমহুই অহ্নুবু মহাক্না থাগংলগা মথরায় হিংহ্নুনা মফম অহ্নুদগী অমুক চংথরে। থুমিংতুদগী কুম্ভীরনা লমহুইবু থংগনিদো হায়না শিংনখি।

নোংমদি লমহুই অহ্নুনা অঙাং উমহ্নুনা লৈরিবী মাগী থুপীগী চানবা করিমতা লৈতবদগী ইপাক অহ্নুগী মপান্দা অপুম্বা তাওরকপরা হায়হ্নুনা কোয়চং চংলম্মী। লমহুইনা ঈশিংদা কোয়েং য়েংলিবহ্নু কুম্ভীরনা উরে। ওসিদি লমহুই নং ঐগী চিঞ্জাক ওইরগে থল্লহ্নুনা কুম্ভীরনা অপুম্বা শাহ্নুনা ঈচেনদা লুপ্লি লুপ্লি তাওথরম্মী। লমহুইনা ময়ুমদা চানবা চিঞ্জাক লৈহৌদবদগী উংখিহ্নুনা তাওহ্নুনা চংলিবা কুম্ভীরবু ভৌশিমবনী হায়বা থংদনা অপুম্বা ওইরমানে থনখে। লমহুইনা কংফালদা অপুম্বসি চিংথংলগা মাগী থুপীগী পুরগে থন্দুনা ঈশিং ইচেন ভাক্রবা চৈশু অমা পাইরগা কুমথখে। লমহুইনা কুম্ভীরগী মনাক হেক য়ৌরকপদা অপুম্বা শারম্বা কুম্ভীরনা লমহুইগী মথোং তাপ পায়খে। লমহুইনা কুম্ভীরনী হায়বা থংহ্নুনা নাম্মোকনবা উপাই থিরকই। থংহৌদনা পাইরকী লৌশিং অমা লাকতুনা হায়রকই "ইংথোংদদি পায়ত্রহ্নুনা ঐগী চৈশুদ পাইরিবসিবু পংখেদা।" কুম্ভীরনা চৈশুওইবোই নিংহ্নুনা ইকাইহ্নুনা থংথা থাদোকপদা লৌশিং লৈবা লমহুই কংফালদা যন চোংথংখে। মহাক্না করেম্বা মী নোক্না লাওরকই "হাই কুম্ভীর অপংবা,

চাকয়াম চাবা থীয়াম কাইবা নংনস্থু লৌশিং লৈরবা শিংলবা লমহুই ঐবু শিংনজবা শারিবোইয়ে। লৈহৌরো নত্তিন য়োৎতুনা, মপোক অসিদা ঐঙোন্দগী নংনা ঙমগনী হায়রবদো খল্লুু।” য়া অসি হায়রয়গা ঈশে ঙংল ঙংলদুনা জঙ্গল তম্না মাগী মুপীগী মচিঞ্জাক থিবা চৎখিরম্মী। লমহুইনা জঙ্গল অত্তুদা শা মচা অমত্তং ফংলবদি হায়দুনা অস্তুন কোয়রকপদা মানা মথরায় কনবিখিবা রাজকুমারগা অমুক ফংনরে। রাজকুমার লনহুইবু উবদা “মরুপ লমহুই কনা খিরিবনো?” লমহুইনা মরুপ ঐ অরাবা তারে ঐগী মুপীদু অঙাং উরদুনা লৈরি। মাগী চানবা শা মচা থিবদা জঙ্গল অসি থুংনা কোয়রবদস্থু করিগুম্বা অমত্তা ফংদ্রে। রাজকুমারনা জঙ্গল অত্তুদগী শিকার তৌদুনা শজি মচা অমা হাৎতুনা লমহুইদা পিরম্মী। লমহুইনা রাজকুমারদা থাগৎ রাহৈগা লোয়নননা “মরুপকী মতম তারকপদা পিরুবা শা ঐগী মথৌ তাররুবদি হায়বিরকউ” হায়রয়গা হরাওনা শজি অশিবদু চিংল চিংলদুনা মকোন তম্না হনখিরম্মী।



## ব্রাহ্মন অমসুং য়োংনাও

থায়না মমাংঙৈদা মুংঙাই য়াইফবা ব্রাহ্মন মতৈ মনাও অমা লৈরম্মী। মথোয়না চহি তরামঙা মুন্নানমিন্নরক্লাওবদা অঙাং লৈরমদে। য়ুমফাও অদুদা মথোয় অনিত্তা তরক তরক লৈজে। মথোয়না মীরোল খংলবা য়োংনাও অমা লোয়ক্লরম্মী। য়োংনাও অদু অদুক্কী মত্তিক শিংঙি মথোয়না চথোকলবমু মানা তাইবং মী অমগুম্না য়ুম শংঙি। য়োংনাও অদুবু মতৈ মনাওনা মচাগুম্না লুনা তৌজি। মাগী দমক্তা য়ুম অদুদা তরুক্তনানবা কা মচা অমা থম্মীরম্মী। অহাওবা অমত্তং লৈবদা মথোয় চাদ্রবমু য়োং অদুগী শরুক হাম্না তমবী।

মপুগী থোজালদগী মুপী অদু কুইরবগী তুংদা মচানীপা অমা ফংজরম্মী। অঙাং অমা ফাংনা ফংলবদা মতৈ মনাংনা হরাওজে। মমা মপা ওইবনা হরাওবদগী য়োংনাও অদুনা শরুক চামা হেল্লি হায়বা য়াই, চোং মন্দুনা জগোয় শারম্মী। অদুম্না নীপামচা অদু নোংম নোংমগী চাওরক্লুনা চৎপা হৈরক্লে। মুংশিরবা মচানীপা অমা মমিংতা উরবদা য়োংনাও অদুবু থরদি লাইথোকপিরে।

নোংমদি মতৈ মনাওনা করিগুম্বা মথৌ অমগী চৎতবা য়াদহুনা মচানীপাবু য়োংনাও অদুদা চেকশিন্না য়েংলম্মু শিন্নরম্নগা

চৎখি। য়োংনাওনা অঙাং অচুগা সুমাং অচুদা চেন চোৎচুনা শান্নমিন্নরম্মী। কদোমদগীনো খংহৌদনা লিন অমা লাকুনা অঙাং অচুবু চিকলম্মদু য়োংনাওনা উহৌরে। মানা লিন অচুবু থাংনা মতুপ মতুপ ককতুনা হাংতোকলে। অঙাং অচু লিনগী চুনা মশাপুম্বা কুপশিল্লকতুনা অশিবগুম তাচুনা লৈরম্মী। য়োংনাও অচুনা লিন্না চিকপগী হিদাক থংচুনা য়াংনা উমং তান্না চেনখিরম্মী। তান্না অচুদা মতৌ মনাওচু মমুমদা হুন্নকখি। মখোয়না লৈমায়দা তাচুনা লৈরিবা মচানীপাবু উবদা পাম্বৎখ্রে। মচাবু হুন্না হুন্না কৌরবস্থ মমিং পাংথোরকত্রে। মচাগী মতৌ উবদা মতৌ মনাওন তৌফম খংদচুনা তেংথা নাওইচুনা কপলম্মী। পুন্নামকসি য়োংনাও অচুনা থোকহনবনী থন্দুনা নীপা অচুনা মবুক্লিংদা য়োংনাও অচুবু হাংকে খনথ্রে। মিকুপ অমগী মতুংদা য়োংনাওনা উরী রারী গুম্বা মরী থরা পুচুনা লাক্লে। নীপা অচু য়োনাও অচুবু উবদা শাওনিংমনখিচুনা রাহং পাউহংদনা উতুপ অমনা থাচুনা হাংতোকলম্মী। মখোয় অনীনা মচাবু কোন্দুনা থম্মোয় শোক্না কপ্পমথৈ কপন্নরগা নীপা অচুনা য়েংথো–কখিবদা সুমাং মতোনদা মতুপ মতুপ থোক্না তারিবা লিন অচু উরম্মী লিন অচুনা মচাবু চিকলম্বদগী য়োংনাওনা থাংনা ককতুনা হাংকম্বনী হায়রবসি মতৌ মমাওনা জ্ঞান তারক্লে। য়োংনাও অচুনা পুরকলম্বা উরী রারী মানবা পাম্মীচু শোয়দনা লিন্না চিকপগী হিদাক ওইরমগনী থন্দুনা নীপা অচুনা য়ান্না য়াংনা পাম্বীচু শুগায়চুনা পাত্র অমদা মহিচু লৌরম্মী। থিনথবা তৌদনা মতৌ মনাও চ চুনা অঙাং অচুগী মথয়াং ফা.ক্তাকতুনা মহীচু হৈজিনখ্রে। হিদাক মহি অচু অঙাং অচুগী পুকনুংদা তাখিবগা চুগী ময়াই পুম্বা চমখিচুনা অঙাং মমিং পাংথোরক্লম্মী। শিরে থল্লম্বা মচানা হিংচুনা হৌগৎলক্লবদা মখোয়

অনিনা মচাবু কোল্লগা হল্লা হল্লা চুপলম্মী। মতৌ মনাওনা মরাল লৈজদ্রবা মথোয়গী ফনবতা খনজবা য়োংনাও অহুবু মরম খংদনা হাংল্লুবগী নিঙমদবা মৈরীনা মপুঙ্গি চুম্না মথম্মোয় চাক্লা লেনখিরম্মী।



# য়াদুগী মিংশেন

থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা মোইনাবতি কৌবী ফজরবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। মতম পুম্নদা মহাক্না শক ফজবদা মাগী মপা লৈঙ্কে থনচুনা নাপল তৌই। লৈবাক অতুগী নিংথৌনা মহারানী লৈখিদবদগী মোইনাবত্তিবু অমুক লুহোংহুনা লৌখি। নিংথৌগী মচাম্নুপীনা মহারানী অতোপ্পী মোইনাবতিদগী অমুক শরুক চাম হেন্না ফজরম্মী। অসিনা মরম ওইহুনা মোইনাবত্তিনা রাজকুমারীবু মতম খুদিংদা চুংশিদবা মিয়েংনা য়েংশি। নোংমদি নিংথৌনা মতম থরনিগী লৈবাক অমদা চৎপগী মথৌ তাহুনা মোইনাবত্তিদা মচানুপীগা চাম্ন চিন্না লৈমিন্নরম্মু শিন্নরম্রগা মনাই মশন থবা পুহুনা চৎখিরম্মী। নিংথৌনা কোম্নুংদগী চৎখিবগা মোইনাবত্তিনা মাগী লোৎতুনা থমলিবা যাদুগী মিংশেন অদু পুথোক্লগা "ঐঙোন্দগী হেন্না ফজবা ভাইবংদা কনা লৈ" মাগী য়াহং অদুগী পাউথুম মিংশেন অদুদা পোক্কবী রাজকুমারীগী শক্তম থোরকলম্মী। রাজকুমারীবু উবদা মোইনাবতি শাওখিবনা হায়কম থংখিদে। মহাক্না নিংথৌ লৈত্রিঙৈদা রাজকুমারীবু কৎম্না হাৎসিগে হায়বসি তত্তনা খনবা হৌরকখি।

. ঙুমিং থম্বনি হৌখ্রবা তুংদা নোংমা মহারানী মোইনা-

বত্তিনা মনাই মরিদা রাজকুমারীবু কোয়বা পুরগা শা কৈনা থল্লবা শুক্রবা উমংদা থাদোকলম্মু য়াথং পিরম্মী। মহারানীগী য়াথং হিক্তোকপা য়াদবনা কোয়বা পুরিবনী হায়শিন্নহুনা দলায়দা রাজকুমারীবু পুথিরম্মী। রাজকুমারীগী চৌংথুংগী ফজবা দৃশ্য য়েংনিংবদগী হরাওনা চৎখি। শুক্রবা উমং য়েরবদা দলাইরেননা দলায় থারে। মনাইশিংনা রাজকুমারীবু থুংশিনহুনা মহারানী মোইনাবত্তিনা শিনবা থৌরাং পুরকক তাকথোক্কলে। থুংশি হৈত্রবী মমাত্তোনগী পুকচেলহু রাজকুমারীনা থংলবদা মিৎলুদা পিরাং শিন্থরম্মী। মনাইশিংনা জঙ্গলহুদা য়ুম মচা অমা থেংনহুনা রাজকুমারীদা মপাবুং নিংথৌহল্লকত্রি ফাওবা য়ুম মচা অসিদা লৈয়ু হায়রম্লগা কোম্মুংদা হনখ্রে। রাজকুমারী মথন্নায় থুংঙাইত্তনা য়ুম মচা অহুদা য়ুমু হল্লকপা ঙাইখি।

মনাইশিংনা রাজকুমারী য়াওদনা হল্লকলবদা মহারানী মোইনা-বত্তি হায়রনিংঙাই লৈত্তনা থুংঙাইখি। উমংগী শাকৈনা রাজকুমারীবু শোয়দনা শরাক তম্নমলগনি থনবদা হরাণ্ডবগা লোয়ননা মঙোন্দগী শক ফজবা অতৈ কনা লৈত্রে খন্দুনা চাওথোকচরম্মী। অমরোমদনা রাজকুমারী য়ুমমচা অহুদা ফমহুনা পীরাং শিন্থরিঙৈদা শাদানবা মচিন মনাও তরেৎনু থুংলরে। মথোয়গী য়ুমমচা অহুদা ফজগ্রবী লৈশাবী অমনা কপ্তুনা লৈরম্বা উবদা ওক্রহুনা মাগী মরী মথোং হংলম্মী। রাজকুমারীনা মাগী অশেংবা পরিচয় তাক্লবদা মচিন মনাও তরেৎনা তরাম্না ওকতুনা মচন শরগা লুনা চান্না থম্বীখি।

থাবুং অমগী মতুংদা মোইনাবত্তিনা মাগী যাদু মিংশেন পুথোক্তুনা "ঐগোন্দগী হেন্না নীংথিজবী অতৈ লৈরিবরা? হংলম্মী।" যাদুগী মিংশেনদা রাজকুমারীনা জঙ্গলগী য়ুমমচা অমদা চাক থোংহুনা লৈরিবহু মহারানীনা উরম্মী। রাজকুমারী হিংলম্বা উবদা মহাক হায়রনিংঙাই লৈত্তনা শাওনিংখি। মশামক চৎতুনা রাজকুমারীবু

হাংলুরগে নিংতুনা হু তৈরবা শমজেং ক্বাম অমা পুরগা পোংয়োনবী শাহুনা জঙ্গল অতুদা চংখিরম্মী। য়াম্না হানা জঙ্গল অতু য়েঁাখ্রে। রানীমা য়ুমমচাহু উরতুনা "কমা কনা শমজেং লৈহৌগদরা? চংলকল্লে।" রাজকুমারীমু শমজেং অমুবুং মথৌ তাবদগী অপাম্বা অমা খল্লুনা লৌতৌরম্মী। মহারানী মোইনাবতি অমুক পন্থরমদনা মফম অতু খাদোকতুনা য়াংনা চংখ্রে। রাজকুমারী শাদানবা চংখিবা মবুং তরেংবী চান খরুবা খৌরাং লোইরগা মশম হাংকে হায়তুনা অহনবা লৈহৌবা শমজেং অতুনা মশম অতু নম নমতুনা হাংলম্মী। ভাইহাক মতুংদা শমজেং অতুগী হুনা লংয় লৈত্তোন শাখথিতুনা রাজকুমারী হান্থতুনা তাখে।
মচিন মনাও তরেংনা হন্নকপদা মচন শরুবা রাজকুমারীনা লৈমায়দা হান্থতুনা তারিবচু উবদা পাখংখে। মথোয় তরেংনা মহাকপু লায়কমরম্মী। মরাইবক কবদগী মতম চানা কংনরুবদগী রাজকুমারীগী মথর য়দি কনবা ওমহৌরে। মবুং তরেংনা মতৌ করম্না থোকখিবনো হংলবদা রাজকুমারীনা শমজেং য়োনবী অমদগী লৈহৌবা শমজেংনা শম হাংলুবদগীনি তমলম্মী। মতুংদা কনাকম্না অমম্তা ঐখোয় লৈত্রবদি চংহনগনু হায়না মবুং তরেংনা রাজকুমারীদা তাকখি।

চয়োল অনীয়োম হৌখ্রবা তুংদা মহারানী মোইনাবতিনা রাজকুমারী শিরম্নগনী খল্লুনা মাগী খাতুগী মিংশেনদা অম্নমা হংলম্মী "হায়য়ু, হৌজিকতৌ ঐত্তোন্দগী হেনবা মালেমসিদা শক ফজবা অতৈ লৈরিব্রা?"
খাতুগী মিংশেনদা রাজকুমারীবু অমুক হন্না উরবদা মোইনাবতি মখল্লায় চাকলে। মহাক্লা অমুক হন্না হু তৈরবা উইহ শরা পুতুনা জঙ্গল অতুদা চংখে। রাজকুমারীমু মবুং তরেং লাকপা মতম ওইরে খল্লুমা খোঙ্গানদা থোকতুখা মবুং তরেংকী মাইংগ য়েংজরম্মী।

তাঙ্গা অদুদা মোইনাবতিনা "ইবেমা উহৈ লৈহৌগদ্রা?" রাজকুমারীনা "ইমা করি করি উহৈ য়াওরিবগে হংলকই।" মোইনবতিনা মপুন অদু খোল্লগা উহৈশিং য়েংহল্লম্মী। রাজকুমারীনা মজনা চাৎরবা পুংদোন অদু উবদা চানি তুনা লৈহৌরে। মোইনাবতিনা "হন্দকতি নং শোয়দনা শিবা তারেদো" মবুক্কিংদা থেন্দুনা য়াংনা চংথিরম্মী। মবুং তরেৎ লাক্লবদি ভাংবিগদ্রা কিবদগী মখোয় লাকত্রিবেদা চাহৌগে থল্লদুনা রাজকুমারীনা পুংদোন অদু চাববদি খুদক্তা মশা পুম্না তুনা কুপশিল্লকতুনা লৈমায়দা হায়খ্রে। ভাইহাক মতুংদা শাদানবা মচিন মনাওশু হল্লকলে। মখোয়না রাজকুমারীগী ফিভম অদু চেনশিন্দুনা য়েংলুবদা খ্বার হোল্লমদ্রে। মচম অমা ফজরে হৈরাভজরম্বা মচিন মনাও তরেৎনা মপুনা চানবিদ্রে খল্লুবদা মথক্মায় শোক্লা কপচরম্মী।

কোন্নুংদনা নিংথৌ হল্লকপগা রাজকুমারীবু থিরল্লবদা মনাই মরিনা রাবী খুদিংমক লোল্লা নিংথৌদা তমথোকলম্মী। রাবীশিংদু তাবগা মনাই মবিগা লোয়ন্দুনা থিনবা ভৌদনা জঞ্জলগী য়ুমমচা ভদুদা লাকল্লম্মী। লন্দী থংলবা মনাই মরিনা মাংভিংদুনা য়ুম মনা অদুদা থুংলে। রাজকুমারীবু মচিন মনাও তরেৎনা কোয়শিন্দুনা কপলম্বা উবদা নিংথৌ মিপাইবম্মী। মহাক্না মমোমবু করি তৌরবগে হায়না য়েংলুবদা লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্বদু থেংনকবদা নোংখোংবগুম কপলক্লে। মনাই মবিগী মবক্তা মাইবা শাবা অমা য়াওবমদুনা রাজকুমারীগী থুজেং নিদুন য়েংলম্মী। মাইবদুনা "কনাগুম্বনা রাজকুমারীবু জু পিজরম্বনী। হৌজিক্ক ফাওবা লায়েংবগী মতম লৈবি।" মাইবগী রা তাবদা শুমহৎতুনা লৈরম্বা মচিন মনাও তরেৎকী মতুংদা জু য়ারিবা হৈবা অমা য়াওরমদুনা রাজকুমারীগী হকচাংদগী জু শিংদো যারিদুনা লৌথোকলে। জুনা কুপলম্বদগী জু লৌথোকখ্রবদা রাজকুমারী তুমলুদ্রগী মিকপ থোরক-

পণ্ডুৱ হৌগৎলক্লে। মহাক্না মপাবুংবু উবদা অঙাং মচাণ্ডম ৱা ৱা কপলম্মী। নিংথৌনা মমোমদা "কোম্লুংদা হল্লসি, ঐ নংবু লৌবা লাকপনী" হায়ৱগা মচাবু নাম্থবিৱম্মী। ৱাজকুমাৱীনা "ইবুং তৱেৎম্নু কোম্লুংদা চৎসি, ঐগী দমক্তা ইবুংশিংনা য়াম্না ৱাবিখে, হায়ৱম্মী।" নিংথৌনম্নু মখোয় তৱেৎপু কোম্লুংগী অঙম্বা কমথোল হাপকে চৎলসি হায়ৱে। মচিন মনাও তৱেৎনা "ইনিংথৌ, ঐখোয়গীদি শাদানবনা ইথৌনি অত্নুনা উমং অসি থাদোকচবা ঙমজৱোই। ইনিংথৌনা চানবিৱবদি ৱাজকুমাৱী ইচন অমা ওইবা ফংজৱিবসিগী মৱীদি মাংহনবিগম্নু "

নিংথৌনা "ঙসিদগী ঐখোয় মৱীমতা ওইৱবনি। মৱক মৱক্তা ঐনা নচন অসিবু পুৱকতুনা নখোয়গা শোয়দনা উন্নহনগনি। মচিন মনাও তৱেৎনা ৱাজকুমাৱীবু মিৎলুদগী তাৱকপা পীৱাংগা লোয়ননা বিদায় পিৱম্মী। নিংথৌনা সনালুপা ময়োম অমা মখোয় তৱেৎতা পিৱমলগা মমোমগা লোয়ননা কোম্লুংদা হল্লকলে। কোম্লুং য়োৱগা পুকচেল ফত্রবী মোইনাবতিবু মরু কোকথোক্লগা শুম্নু য়াইঙং তৈতুনা মাগী লৈবাকতগী তাক্লোকখি। মপা নিংথৌনা মমোমবু ৱাজকুমাৱ অমদা লুহোংবিতুনা য়াম্না নুংঙাইনা য়েক্লতিংথং লৈতনা পানখি।

**❦**

# রাজকুমার অনি

থাযনা মমাংঙৈদা নিংথৌ তম্বশী মহারানী অনি লৈরম্মী। মহাক্না অতোপ্পীদু হিংচাবী অমনা তাইবংমৌগী শক্লোন লৌদুনা নিংথৌশী অতোপ্পী ওইখিবনী। মতমগী খোলৈ মতুং ইন্না মহারানী অনিনা মপাবী অমমম পোক্লম্মী। রানী অহনগী মচানা সূর্য্যকুমার অতুগা রানী অতোপ্পীগী মচানা নবকুমার হায়না মিংথোল্লে। মপাবুং নিংথৌনা মচা অনিবু পুম্না ওঝা অমগী মযুমদা থাদুনা থাংতা তমহল্লম্মী। মচিন মনাও অনি পোকনিঙ্গদবনী হায়রবদো থনদে যাম্না লুনা চান্না তিঙ্গে। মতম পুম্বদা অমনা অমবু থাদোকনদে। নবকুমারনা মমাগা শাগোম্নদুনা লৈবনা হিংচাবীনি হায়রবদো থংলম্মী। মমানা কনাগুম্বা অমত্তুদা হায়দোকনু হায়রবদগী নবকুমারনা মপা নিংথৌ ফাউবা খংহনখিদে।

নোংমদি নিংথৌ তত্তোপ্পা লৈবাক অমনা লোইপোৎ কাররকত্তবদগী মনাই মশল পুদুনা মতম খরনিগী চৎখিরম্মী। রানী অতোপ্পীনা তাঙ্গা চাবা মতম অদুতা ঙাইরম্বনী। নিংথৌনা হেক চৎখিবগা মহাক্না নুমিদাং খুদিংগী হিংচাবী ওল্লগা চরা তম্না মী অমমম চাবা হৌরম্মী। য়ুম খুদিংদা নোংমগী মী অমমম মাংলবদা প্রজা পুম্নমক অঙকপা ফংলে। রানী হিংচাবীনা নিংথৌ হল্লকত্রিঙৈদা রানী অহনগী মমা মচাবুস্থ

চাথোক্কে হায়না মবুক্লিংদা খনখ্রে। মহাক্না নিংলিবত্থু মচা নবকুমারদা ত্তাকলম্মী। মাত্থু ত্তাবদা নবকুমার থম্মোয় শোকখি। ময়াম্বা সুর্য্যকুমার অমদি মমা মহারানীদা ঐগী ইমাসি হিংচাবীনী, লৈবাক অসিদা মী অময়ম্ ময়েং ত্তারক্লিবসি ইমানা মুমিদাংদা হিংচাবী ওল্লগা চারিবনী তমথোকলম্মী।" নবকুমারনী ম্না ত্তাবদা রানী অহন য়াম্না কিরম্মী। নবকুমারনা মমা মহারানী অমদি সুর্য্যকুমারবুস্থু হিংচাবী মমানা চাগনী হায়বদো ত্তাকথোকলে। রানী অত্তোম্বীত্থু হিংচাবীনি থংলবদা রানী অহন্না কিত্থুনা মচা সুর্য্যকুমারগা ত্তোপ্না লৈখিরম্মী।

মরম অসিদগী রানী হিংচাবীনা চাবগী খুদোং চাবত্থু ফংলমদে। সুর্য্যকুমার অমদি নবকুমারনা থাং'ত্তা তম্বা চৎলমদাইদা মমা মহারানীনা পাত্র অমদা শঙ্গোম থরা হাপত্থুনা মচা সর্য্যকুমারদা পীরগা হায়রক্কই "ইবুঙো নখোয়না চৎখ্রিঙৈদা নমা হিংচাবীনা ঐবু চাগ্রবদি শঙ্গোম অসি ঈমুক ঙাংলক্কনী, মতম অত্থুদা নহাক লৈবাক অসি থাদোকত্থুনা নথরায় হিংনবা চেনখিগদবনী।" সুর্য্যকুমার মথরায় মুংঙাইত্তনা শঙ্গোম পাত্র অত্থু পুত্থুনা মনাও নবকুমারগা লোয়নত্থুনা চৎখ্রে। সুর্য্যকুমার গুরুনা ত্তাক্লিবা বিদ্যা অত্থুদা থোরক্কংলমদে শঙ্গোম ত্তত্থু ঙাইহাক লৈত্তনা য়েংলম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা শঙ্গোমত্থু ঈমুক ঙাংখি। মত্থু উরুবদা সুর্য্যকুমরনা নবকুমারদা "ঐগী ইমাবু ইমাত্তোন হিংচাবীনা চাগ্রে ত্তত্থুনা ঐ লৈবা য়াদে হায়রক্লগা মফম অত্থুদগী চেনখিরম্মী।" নবকুমারস্থু ময়াম্বগী মতুংদা ত্তান্নখ্রে মহাক্না "য়াম্মুং ইমা হিংচাবীনা নহাকপুস্থু শোয়দনা চাবা লাক্লগনী অত্থুনা অসিদা হৌরিক্বা উজাও অসিগী মথক্তা কাথৎত্থুনা লোৎলু।" মনাওনা ত্তাকপা মতুং ইন্না সুর্য্যকুমার উথক্তা কাত্থুনা লোৎখি। হিংচাবী মহারানীনা সুর্য্যকুমারবু চাগদবগী ঙংত্থুনা পাইরকলম্মী। নবকুমারবু উবদা

"নয়াম্বদি কদায়দা লৈহৌরে" হংলকই। নবকুমারনা "ইমা মহারানীবু ইমানা চারম্নগনী থন্দুনা ঐনম্ব ইয়াম্ববু চাথোকহুনা লাক্লবনী



হিংচাবী মমানা "সুংঙাইরেদা, খৌজিবক্তী মমা মচা লৈত্রবনিনা, নপা নিংথৌনা হেক হল্লকপগা মহাকপুম্ব ইমা ইচা চংহুনা চাথোকসি অতুগী তুংদা ইমা ইচানা লৈবাক ওসি পানগদৌরিবনী" হায়হে

অসি হায়রল্লগা রানী হিংচাবী অমুক কোম্নংদা চংখিদুনা তাইবং মীগী শক্তম লৌখে। নবকুমারনা ময়াম্বদা মতম খরনি লোৎতুনা লৈয়ু হায়বদগী সূর্য্যকুমার লাপ্লবা থুন অমদা চংখিরম্মী। ময়াম্বা য়াওদনা নবকুমার মথরায় মুংঙাইতনা কোম্নংদা হনখি। মহাক্না মমা হিংচাবীবু করম্না হাৎসিগে হায়না বাখল শনবা হৌখি। নোংমা মমাদা নবকুমারনা "ইমানা প্রজাশিং অমদি পাবুং নিংথৌবু চাখ্রবদি ঐখোয় অনিস্তা ঙাইহৌরনিদো। ইমানা অমুক শিথ্রবদি নচানা অমুক চাউবা লৈবাক অসিদা ইথন্তা করম্না লৈহৌগনী।"
মচাগী রা তাবদা রাণী হিংচাবীনা "ইবুঙো ইমাদি অমরনি ঐখোয়না লৈরিবা কা অসিগী লৈরোন তরেং তৌরগা লৈরিবা লিকুংতেন্দু ইমাগী থরায়নি।"
নবকুমারনা মমাগী অরোনবা রাফম অদু খঙদোক্লবদা ময়াম্বগী মনাক্তা চংখিরম্মী। মমাগী থরায় মঙাগী রানীদু ময়াম্বা সূর্য্য-কুমারদা তমলে। মখোয় অনি হৌনদুনা মফম অদুদগী কোম্নংদা লাকলম্মী। নবকুমারনা মমা চথোকখ্রে হায়বা থংদুনা ময়াম্ববু পুশিল্লগা মখোয়গী কা তম্না চংখ্রে। য়োং অমমম্ পায়রগা মচিন মনাওনা কা অদুদা তৌগা হৌখিরম্মী। লৈরোন তরেং তৌরবা মতুংদা নবকুমারনা লিকুংতেনদু ফংনদুনা পুখোরক্লে। অসোমদা রানী হিংচাবীনা মপাম্মোম চোংঙি, ফত্তবা খুদমনি খন্দুনা য়াংনা কোম্নংদা হল্লকলম্মী। মমা হল্লকপা উবদা নব-কুমারনা মমিৎতা পীরাং শিন্থদুনা "ইমা নচাবু রাজৌগদু পাবুং নিংথৌ অমদি লৈবাকপ্রজাবু কল্পনবগী দমক ইমাগী থরায় লৌবা তারে।" রা অসি হায়রগা লিকুংতেনদু থুদেক-লম্মী। রানী হিংচাবী মাগী কা য়ৌদ্রিঙৈদা ক্রং ক্রং চোংদুনা হিংচাবীগী শক্তমদা তাদুনা লৈখি। নবকুমারনা হিংচাবী অমা হাৎখ্রে

ভাবদা প্রজা পুম্নামক লাক্লনা য়েংনরম্মী। নবকুমারনা মমা হিংচাবীগী রারী পুম্বা ময়ামদা লীতুনা তাহল্লে। মথোয় ময়া-মনা নবকুমারবু থাগৎনখি। থরনি মতুংদা নিংথৌ হল্লকতুনা কোম্লুংদা থুংলরে। মহারানী অনি উত্রবদা নিংথৌ মবুক্লিংদা চিংনরকই। সূর্য্যকুমারনা থোকখিবা থৌদোকী রারী মপাবুংদা লীরে। রারী ভাবদগী নিংথৌ মকোক্তা ব্রজমা থাবগুম থোকখি। মহাক্না হিংচাবীগী মচা নবকুমারবু মাগী লৈশাকততী তাম্থোকলম্মী। মপাংবুগী য়াথং কোক্তা থোংতুনা নবকুমারনা ময়াম্বদা কপ্না কপ্না বিদায় নিরবদা সুর্য্যকুমারনা মপাবুংগী মথোং কোল্লগা "পাবুং ইনাওগী করি মরালনো? মহাক্না অপোকপী মমাবু হাংলগা লৈবাকী থরায় কনবনী। নিংথৌগী ঈ মহাকী শিংলিদস্ত চেল্লিবনী। ইনাওবু তাম্থোকপিরবদি ঐন্দু কোহুংদা লৈজবা ভমজরোই।" মচিন মনাও অনিগী মুংশিনবা মতৌ উবদা নিংথৌগী থম্মোয় পেল্লম্মী। মচা নবকুমারবু অমুক লৌশিন্দুনা মচা অনিদা লৈবাক থৌরম শিন্নতুনা লৈবাক মরা ভপ্না পানখিরম্মী।

*****

## শনন্দ্রেনবী অমসুং চাইশ্রা

থাম্বনা মমাংঙৈদা নীপা অমনা লুপী অনি লোলম্মী। মৌ অহন্না মচানুপী অমগা মচা নীপা অমগা পোকই অদুগা মৌ অতোপ্পীনা মচানুপী অমা পোকই। মচানুপী অনিনা লৈশাবী কাবোক ফারকপদা মপা লৈখিদে। মমা অনিনা পাংতা লোং খোল্লুরগা ফারকপা ভাতু য়োন্দুনা মখোয়গী চরা নোংথরে। মৌ অহন্না পোকপা মচানুপীগী মিং শনন্দ্রেনবী অদুগা মৌ অতোপ্পীনা পোকপা মচানুপীগী মিংনা চাইশ্রা কৌরম্মী। শনন্দ্রেনবী মশক ফজবদা অমুক চাংদমনিঙাই লৈতে, চাইশ্রাদি খ্বায়দগী হেন্না মশকথিবা লুপী থিরক্রবদি মাগী মমিং পনবা য়াই।

নোংমা শনন্দ্রেনবীগী মমাগা চাইশ্রাগী মমাগা ঙন্না হৌগৎতুনা পাংতা লোং খোনবা চংখি। হমিং অদু শনন্দ্রেনবী মমানা ঙানা তুংগোন থল্লম্মী অদুগা চাইশ্রাগী মমানা লিন্না তুংগোন থন্না ফারম্মী। মখোয় অনি য়ুমদা হল্লসি হায়নদুনা লাক্লে। চাইশ্রাগী মমানা ঙাইহাক পোত্থাথিনি হায়বদগী মখোয় অনি হৈবোং পাম্বী ঙম্বী মখোংদা ফমথরম্মী। চাইশ্রাগী মমানা হৈবোং মথক্তা কাথৎখিদুনা হৈবোং অমুনবা হেক্লুনা চাই। শনন্দ্রেনবী মমানা "ইনাও ঐগীসু অমত্তা লংথরকউ হায়রম্মী।" চাইশ্রাগী মমানা "ইচে নমিৎ উইন্দুনা নয়া লাওনা কাথোকউ থাদবিরক্লে।"

শনত্রেনবী মমানা মমিং উইশিল্লুনা মথক্তা য়েংথৎলগা ময়া লাওনা কাথোকলম্মী। চাইশ্রাগী মমানা ভুংগোন্দগী লিনশিংহু শনত্রেনবী



মমাগী মথক্তা হৈথরম্মী। খুদক অত্তুদা শনদেনবী মমা লিমা চিক্কুনা মথৱায় থারে। চাইশ্রাগী মমানা ফুমনা থল্লবা পাং

অমদা শনদ্রেনবী মমাবু ফুমজিল্লমলগা ঙা তুংগোনদু পুন্থনা চৎখিরম্মী।

মন্দোমচা লাকপা উবদা শনদ্রেনবীনা মমাবু হংজে। চাইশ্রাগী মমানা নমাদি ঙা ফাহৌখিনী হায়দুনা লৈহৌরে।" শনদ্রেনবী রাখল মুংঙাইত্তনা চাদ থক্কমথৈ মমাবু ঙাইহুনা লৈখি। মুমিদাং য়ৌর ফাউবদা মমা হল্লকত্রবদা মচিন মৌপা কোম্নহুনা কপমিল্লরম্মী। মুমিদাংদা শনদ্রেনবীগী মমডদা মমা লাক্নুনা "শনদ্রেনবী ইমাদি ফৎত্রবী নন্দোমচানা হাৎলগা ফুম নরক্কা ফুমজিল্লয়ে। ঐগী থরায়না থেঙ্গু ওনহুনা পাৎ অদুদা লৈরে। হয়েং ইমুং ঙানবগা লোং থোন্দুনা ইমাবু ফারগা ভরেংনি ইশাইফুদা য়োকতুনা থম্মু অদু ওইরবদি ইমা ত্তাইবং মী অমুক ওইগনি।" শনদ্রেনবী মংফাওনরে। মমাগী রাখলদা অহিং তুম্বা য়াখিদে। নোং ঙানবগা শনদ্রেনবী লোং পায়দুনা পাৎ অদুদা চৎখিরম্মী। অহানবা থোনবদা ঙামু অমা য়াওরবদা "ওঙামু নংবু থোনবা নত্তে, পলেম ইমাবু থোনবনি" হায়রগা থাদোকপিখ্রে। শনদ্রেনবী না থেঙ্গু ফাগদবগী হোৎনরিঙৈদা মুমিৎ ত্তাশিল্লকলে। মহাক্না "হন্দমুকনা অরোইবনি ইমা" হায়রগা কপ্পা কপ্পা লোংদু থোল্লম্মী। হন্দকতী থেঙ্গু অদু য়াওরক্লে। শনদ্রেনবীনা থেঙ্গুদু পুরগা ময়ুমদা হল্লকলে। চাইশ্রা মমা মচা উখিনী কিদুনা থেঙ্গুবু ইশাইফুদা য়োকলগা লৈমরেন কাগী কান্দা লোৎশিন্দুনা থমখিরম্মী। মুমিৎ মঙানী শুবা মুমিৎত্তা চাইশ্রানা ইশাইফু শনদ্রেনবীগী থেংনবদুনা পুথোরক্লগা "ইমা ইমা ইচে শনদ্রেনবীনা ইশাইফুদা থেঙ্গু অমা লোৎশিন্দুনা থনমলে।" চাইশ্রাগী মমানা শনদ্রেনবীদা থেঙ্গু অদু ফুৎলু হায়রম্মী। শনদ্রেনবীনা য়াদ্রবদা মমা মচা চংদুনা ফুবিরে। উপাই লৈজদ্রবী শনদ্রেনবীনা কপ্লদুনা থেঙ্গু অদু মৈ হৌগৎতুনা ফুৎথে। মৈশা ফংলবা থেঙ্গুনা "শনদ্রেনবী ইমাদি

থ্বাং য়ৌরে" শনম্রেনবীনা মৈ শংত্তোকলম্মী। চাইশ্রানা "ইমা ইচে শনম্রেনবীনা মৈ শংত্তোকখে।" চাইশ্রাগী মমানা "ইবেমা মশম হেক ফোইয়্।" চাইশ্রানা মশম ফোইবদগী শনম্রেনবীনা মৈ অমুক ইনশিল্লি। থেঙ্না অমুক "শনম্রেনবী ইমাদি লৱায় লুম্ভোন য়ৌরেদো" শনম্রেনবীনা অমুক কপ্পা কপ্পা মৈ শংত্তোকলম্মী। শনম্রেনবীনা মৈ শংত্তোকলিবদো চাইশ্রানা উতুনা মশম পাইতুনা চিংলগা ফুতুনা ইন্থরে। শনম্রেনবী, চাইশ্রা মমা মচাগী চৈফুদা থাংবা ওমদতুনা মৈ ইনশিল্লগা নোং খোংবগুম কপতুনা "ইমা নচাবু ৱারৌগন্নুকো।" থেঙ্তু অমুক ৱা ওাংলকখিদে। চাইশ্রা মমা মচানা থেঙ্তু চাথোক্লগা মরু মৱাং শিংতু য়েনেখাদা হুন্দোকলম্মী। অহিংদা শনম্রেবীগী মমওদা মমানা লাক্লুনা "শনম্রেবী য়েনেখাদা তারিবা মরু মৱাংশিংতু খোম-জিল্লগা ফমখাদা নুমিৎ তরেৎনি থম্মু ইমা মী ওনবা য়াবরা য়েংগে।" মমানা তাকলম্বা ৱা মতুং ইন্না মরু শিংতু খোম-জিল্লগা শনম্রেবীনা ফমখাদা থমখি। নুমিৎ তরুকনি শুবা নুমিৎতা চাইশ্রানা শাউরিমি হায়তুনা শনম্রেবীগী ফমথা হায়-গৎলুবদা মমাগী থৱায়না থুনু ওনতুনা পাইখিরম্মী। মমানা তাইবংমী ওনবা ওমখিদ্বদা শম্রেনবী থম্মোয় শোক্না কপচখি। চাইশ্রা মমা মচানা মমা লৈজদ্বী শম্রেনবীবু ফনেক খোংদাই শেংহন্দুনা মীনাই গুম্না থমলম্মী। নোংমা শম্রেনবী চাইশ্রানা ঈশিং শোকলুবদগী হল্লকপদা নিংথৌ অমগা উম্নতুনা নিংথৌনা শম্রেনবীগী লৈবাক্কী পুনদগী ঈশিং থকনিংঙি হায়তুনা থকখিরম্মী। মথংগী নুমিৎতা চাইশ্রানা মমাদা শম্রেনবীনা শেংলিবা ফনেক খোংদাই শেংকে, লৈবাক্কীপুন পুগে হায়তুনা কপলম্মী। মতাংগী মনিং থুংনবা শম্রেনবীনা শেংলি ইল্লিবা পুম্নামক শেংহল্লগা শম্রেনবীদা চাইশ্রাগী সনা লিকোন, ফিরোল শেংহনখে।

চাইশ্রানা লৈবাক্কীপুন অতুগা শন্দ্রেনবীনা পীথ্রাইগী সনাবুন মথ্বাংদা য়েপ্পগা ঈশিং শোকতুনা হল্লকপদা মমাংগী মুমিৎকুম নিংথৌ অতুনা দলায় মথক্তা কল্লগা ভাইতুনা লৈরম্মী। শন্দ্রেনবীবু উখিবা মুমিৎতুদগী নিংথৌনা থবায় তানা খোয়দাখি। মহাক্তা ভসিদি ফাম্নগা পুরগে থন্দুনা "হা ইবেমা সনা ফিগেনা লৈচ্চোংবী, পীথ্রাইগী সনাবুন পুবী ঈশিং থুক্তোক অক্তুং পিথকলম্মু" শন্দ্রেনবীনা ঈশিং হৈগদবগী সনাবুন থাংগৎলকপদা নিংথৌনা শন্দ্রেনবীবু দলায়দা চিংখৎলগা পুখ্রে। শন্দ্রেনবীনা ইল্লিবা ফি লৌথোক্লগা মৌপ্বানা থিরকপদা লম্বী খংননবা মচেৎ মচেৎ শেগায়তুনা থাদ থাদ চংখিরম্মী।

চাইশ্রানা চেনখিতুনা মমাদা রারী পুম্বা তমখ্রে। মৌপ্বানা মচেগী পাও তাবদা চেনখিরম্মী। লম্বীদা তারমবা ফি মচেৎশিংতু ইচেগী ফিনী হায়তুনা খুনজিন খুনজিন্দুনা চংখিবদা মহাকসু কোপ্লুং য়ৌখ্রে। নিংথৌনা শনদ্রেনবীবু মাগী তাংলোই ওইখ্রে অতুগা মৌপ্বাবুসু মুংভাইনা থমবিখিরম্মী। চহি অমা হৌখিতুনা শন্দ্রেনবী মচানীপা অমা ফংজরে। মতমনা নোংমা নোংমা হৌখিতুনা মচানীপাসু চাওরক্লম্মী। চহি অহুম মতুংদা চাইশ্রাগী মমা মচানা শন্দ্রেনবীবু চাক কৌবগী বার্তোন পীবা মী থারকলম্মী। শন্দ্রেনবীসু মপাম চৎনিংতুনা নিংথৌদগী য়াথং লৌরগা মচানীপাবু কোপ্লুংদা থনম্লগা মপামদা চৎখি। মহারানী শনদ্রেনবীবু উবদা মমা মচানা কল্লকলম্মী। মথোয়না মচিন্দদি তরাম তরাম তৌশিন্নে। মথেন মকোই তৌতুনা হরাও হরাও চানিম্লরে। মমা মচানা লোম্না রা তাম্নরবা তুংদা চাইশ্রানা "ইমা ইচে শনদেনবীগী সনা-লিকোন, ফিরোল শিংসি অমুক্তং শেংকে।" শনদেবীনা "ইনাও,নচা রাজকুমারদু কপলম্নগনি। খংলেদা ইচে চৎলগে।"

চাইঙ্গ্রানা "খংলে ইচে মনাও মতুং মনাও হায়জরোই হায়দুনা কপ্পশিল্লরে।"

শনদ্রেনবী মনাওনা মবুক্লিং চুংশিল্লুনা হঙ্গা উবদা "শে শে ভাইহাক শেংলো হায়রগা সম্না লিকোন, ফিরোল শিংছু চাইঙ্গ্রাদা পিরে।" চাইঙ্গ্রানা শাওশিল্লুনা শেংচরোই হায়রগা কাংখদা ছুনশিনখিরম্মী। শনদ্রেনবীনা ফিরোলজু থুনগে হায়ঙুনা চেংখদা চাইঙ্গ্রা মমা মচানা ব্রোং ব্রোং শৌরবা চৈশিং সনাবুন তম্না পুখোরকতুনা শনদ্রেনবীগী মথক্তা হৈখবদগী শনদ্রেনবীগী থরায়না লমথুন্নু ওন্নগা পাইখিরম্মী। চাইঙ্গ্রানা শনদ্রেনবীগী ফিজোল শেংতুনা কোন্থুংদা চংখ্রে। নিংথৌনা "শনদ্রেনবী করিনো মংদি নপামদা চংখ্রগা নশক অতুক শিরকপদি?"

চাইঙ্গ্রানা "ইবুঙো ইপাম চাক চারুবদগীনি।" নিংথৌনা মবুক্লিংদা চিংনবা পোকখি। তম্মা চাইঙ্গ্রানা শনদ্রেনবী শাত্তুনা লৈখি। নোংমা নিংথৌগী শগোল শজিক ফানবনা শজিক ফাল্লিরদা শনদ্রেনবীগী থরায়না ওনবা লমথুন্নুনা পাইরক্লুনা উথক্তা তোংলগা হায়রকই "ও শগোল শজিক ফানবা, নবুঙোদা হায়রুচো, নংঙ্গদা হায়রুচো, পাজোঙ্গীদা হায়রুচো, খুনিংকাইদা হায়রুচো, তসিবু হায়রুদ্রবা, শগোল মরাই তাহনগে, শামু মরাই তাহনগে, মন ইরোই মরাই তাহনগে। হা নিংথৌ তুকাউবা, করম্মা কাউসি কাউগনী, ইচা নিংথৌ শিগনী মনেক ইয়োং তৎকনী, ক্রো ক্রু ক্রু ক্রু থাংমৈতং। খুন্নগী মরোল তত্তু শজিক ফানবনা চেনখিদুনা নিংথৌদা তমলুরে। মথংগী নুমিৎতা নিংথৌনা শজিক ফানবগা লোয়নদুনা লাকলম্মী। তাঙ্গা অত্তুদা লমথুন্নু পাইরক্লুনা উথক্তা তোংলরে। লমথুন্নুনা নিংথৌবু উরগা পিরাং শিল্লুনা হায়রকই। শনদ্রেনবীনা উথক্তা, চাইঙ্গ্রানা ফম্বাল জোং, হা নিংথৌ তুকাউবা, করম্মা কাউসি কাউগনী, ইচা নিংথৌ শিগনি, মনেক ইয়োং তৎকনী, ক্রো ক্রু ক্রু ক্রু

থাংমশুং. নিংথৌনা লমথু গী য়াম্বা তারগা "হা পোস্পী সুংশিবী, মংনা অশেংবা শনদে নবীগী থরায় ওইরবদি ঐগী পাম্মোম অসিদা তোংলো লাউ" লমথুম্বুনা পাইথরকুনা নিংথৌগী ওইগী পাম্মোমদা তোংলতুনা হায়রকই "ইবুঙো ঐবু পুরগা কনা উইহন্দনা সুমিৎ তরেংনী থম্মীউ অহু ওইরবদি ঐ শোয়দনা মী ওইরকনি।" নিংথৌনা লমথুংবু পুরগা চেকশিন্না থমখিরম্মী। লমথুম্বুনা মচা কৌবনীনা অঙাং অহু মমিংতা মিংশাং কাবা উহুনা তৈথোকপিগদবগী অঙাং অহুগী মরেংবান্দা তোংলগা মখোং অহুনা মিৎচিদা খোংলম্মী। মহু উবদা চাইশ্রানা থুনু অহুবু উতুপ্পা থাদুনা হাংতোক্লগা চগেম পোমবদা হাপচিনখ্রে নিংথৌনা দরবারদগী হল্লকলগা থুনু লৈরমদু বদা চাইশ্রাদা হংলম্মী। চাইশ্রানা "ইচাগী মমিং খোৎতোককে তৌরম্মদগী ঐনা হাংতোক্লগা চগেম পোমবদা হাপচিল্লে খুমলকই" নিংথৌনা য়েঙ্গাং থাং ইতু লাকুনা য়েনেখাদা হুন্দোকখ্রে। থরনি মতুংদা থুনুগী শরু শয়াংশিংদগী নোবাব পাম্মী অমা হৌরকতুনা নোবাবনা মনামশক উদনা পানখিরম্মী। চাইশ্রানা নোবাব শিংতু হেক্কুনা য়ুম খুদিংগী হেনথোকখিবনা তমক্তা পানখিল্লে। নোংমা চুংখিল অমা শগোল শজিক ফানবনা হৈহ চানিংহুনা নোবাব অমঙুং পিউ নিররে। চাইশ্রানা থিরগা হেক্তুনা পুক্সখো হায়বদগী শজিক ফানবনা নোবাব পাম্মী মখোঙদা চংতুনা য়েংলুবদা মীনা উদবা মফমদা চাউরবা নোবাব অমা মনা মরক্তা পাল্লমবহু থেংনরুতুনা হেক্লগা পুথিরম্মী। শজিক ফানবনা নোবাব চাগে হায়তুনা থাং থিবদা ফংদবদগী হুমিং তদো চাদ্রে। শজিক ফানবনা থাং ফংডি হৈহ ফংদে, হৈহ ফংডি থাং ফদে ভৌতুনা সুমিৎ তরেংনী হৌখ্‌বদা নোবাব অহুদগী শন্দ্রেনবী ওনখিরম্মী। শন্দ্রেনবীনা লোৎতুনা লৈরগা শজিক ফানবনা মথৌ চংখিদ্রৈদা চাক থোংবিতুনা থমবী। শজিক ফানবনা ময়ুমদা হল্লকপদা চাক য়েঙ্গাং থোংহুমা লৈরম্বা

উবদা অঙকপা পোক্লে। অসুম্না হৌরিং খুদিংগী চাক লৈরক্লবদা শক্তিক ফ'নবা ওসিদি হৌরানবা ক্লারগে হায়দুনা লুমদুনা লৈখ্রে। শন্ত্রেনবীনা শক্তিক ফানবা চৎখ্রে খন্দুনা চাক থোংগদবগী থোরকপদা শক্তিক ফানবনা মহারানী শন্ত্রেনবী ওইরম্বদুদা অঙকপা পোকলম্মী। মহাক্না শন্ত্রেনবীদা মতৌ করম্না অঙকপা থৌদোকসি ওইরিবনো হংলবদা শন্ত্রে-নবীনা ৱারী পুম্নামক শিং শিংনা লিরম্মী। শক্তিক ফানবদা মতম খরনিদি নিংথৌদা হায়দোকখিম্ম হায়বদগী শক্তিক ফানবম্ম য়াখ্রে। শন্ত্রেনবীনা শক্তিক ফানববু কোম্মুংদা মহাক্না শারম্বা ফি ইয়োংদু চাইশ্রাদগী নিদুনা পুরকউ থাখিরম্মী। চাইশ্রানা হরাও হরাও ফি ইয়োংদু পিথোরকতুনা শক্তিক ফানবনা পুরক্লগা শন্ত্রেনবীদা শিন্নরে। শন্ত্রেনবীনা অয়ুকতা ফি শাদুনা লৈরিভৈদা মচানীপাদু শক্তিক ফানবগীদা কোয়বা লাকলম্মী। শন্ত্রেনবীনা মচাবু উবদা পাঙনদেমদু লাপ্না হুন্দোকখ্রগা নীপামচা অদুদা "ও ইবুঙো ইমাদা পাঙনদেমসি খুন্দুনা পিরো অদুগা ইমাগী খোম্লাং থকচখো।" কুইনা মমাগী খোম্লাং কাউরুরবা অঙাং অদুনা পাঙনদেম খুন্দুনা পিরগা হরাওনা মমাদগী খোম্লাং থকতুনা কোম্নুংদা হনখি। অঙাং অদুনা মপাবুংদা শন্ত্রেনবীগী ৱারী তৌবদগী নিংথৌ শক্তিক ফানবগীদা চেল্লকলে। মঙ্গোন্দা ফি শাদুনা ফমলমলিবী শন্ত্রেনবীবু উবদা নিংথৌনা মনাক্তা চেনশিনখ্রে। শন্ত্রেনবীনা হৌগৎতুনা নিংথৌবু খুরুমলগা কপলম্মী। শক্তিক ফানবনা চাইশ্রু মমা মচানা শন্ত্রেনবীগী মফমদা পিখিবা তম্রাবা ময়াম অদুগী ৱারী অহানবদগী অরোইবা ফাউবা তমলম্মী। নিংথৌ শাওবনা মৈ হৌখি। মথাক্না কোম্নুংদা হনখিদুনা থাং অনিশক শাইহল্লম্মী। থাং অমনা ময়া থৌদবা ইলং লংবা ওইহল্লম্মী। নিংথৌনা

মনাই থাহুনা কোনুংগী শন্দ্রেনবীগা শজিক ফানবগীদা লৈরিবা শন্দ্রেনবীগা লান শোক্লগনি, অঙম্বা অহুনা লৈবাক্কী মহারানী ওইগনী হায়রুনা লৈবাক পাউজেলহল্লে।

শন্দ্রেনবী অনি লানথেংনগনি তাবদা লৈবাক প্রজা শুবা তিল্লম্মী। শন্দ্রেনবী অনী থোরকতুনা নিংথৌবু থক্লমল্লে। শন্দ্রেনবীনা "ইনাওনা মহারানী ওইরিবনিনা থাং অসি ইনাও হাল্লা থনজৌ।" চাইশ্রানা অরংবা থাং অদু থনল্লে। কোহিলং কাবা থাং অহুনা শন্দ্রেনবীনা পায়রে। মখোয় অনি অমনা অমবু মঙকম্বা হাংথনরম্মী। মরাল লৈত্রবী শন্দ্রেনবীগী মতু নামা শোকখিদে। পুকচেল ফত্রবী চাইশ্রা মঙক্কা মশাগা তোঙান তোঙান্না লৈমায় থক্কা তাখিরম্মী। নিংথৌনা শন্দ্রেনবীবু লৌশিনহুনা মচানীপাগ। লোয়ননা য়াম্না মুংঙাইনা পানখিরম্মী।

*********

# হুরানবসু য়ুম্নু কি

মমাংংঙৈদা য়াম্না কিগনবা জমিদার অমা লৈরম্মী। চাউরবা য়ুম অতুদা মচা পিশক অনিগা, মাগী মুপীগা মখোয় মরিত্তা লৈজে। লুপা পৈশা, সনানা চিংবা মরাং কায়না লৈরবসু লৈকায় থংহনিংদবগী মুপী অঙাংশিংবু সনা-লিকোন শিংহনদে, মমল য়াম্বা ক্রিয়োল থোনবিদে। মহাক্না লৈত্ত লাইরবা মাম্নবা হোৎনবদা ইখোলগী য়েঙ্গাং নাপী য়োনবা কৈথেলদা তোয়না চৎলি। জমিদার অতুগী লৈরিবা লুপ পৈশাশিং অতু হুরানবা অমনা থংলক্লনা নোংমা সন্ধ্যাগী ধুপ থাউমৈ থানবা মতমদা জমিদার মুপীনা তুলসিমখোং তৈরিঙৈদা লোম্না চংখিতুনা কাংখদা হিপতুনা লৈখি। জমিদারসু কৈথেলদা পোৎচৈ য়োনবা লোয়রতুনা ময়ুমদা হল্লকলে ঙা মচা থরা লৈরকপতু হাওনা থোংঙু হায়রগা মাগী মুপীদা পিশিল্লি। মুপী অতুনা থোং থাকপা লোয়র-তুনা চামিম্নরে। অঙাং পিশক অনিবু অমমম পমথৎতুনা মতৈ মনাওতু মাগী মাগী তুমফমদা চংনখিরম্মী। জমিদার অতু মাগী লৈরিবা লনথুম ময়ামতু মীনা থংলমগত্রা থনবদা অহিং তুম্বা য়ারমদে। মচাপিশক অতুদি মুংঙাইনা তুমথখিরম্মী। জমিদারনা তুম্বা য়াদতুনা য়াওল্লকপদা মুপী অতুগী কাংথোন মথাদা লুমতুনা লৈরিবা হুরানবতুবু উরম্মী। হুরানবা চংলে থংলবদা জমিদার কিখিবনা মশাতু থক থক নিকথ্রে। মহাক্না করি উপাই তৌসিগে হায়না অস্তুম শল্লকপদা লৌশিং অমা লাকতুনা মনাক্তা হিপলিবা নীঙাই কনবা মচানীপাতুবু থুজিম্না শিকতুনা

হৌদোকলম্মী। অঙাং অহু নামনখিহুনা মিকপ থোরক্লে। মহৌদগী কপকনবা অঙাং ওইবনা মপাগী মনাক্তা কমলগা থোঞ্জেল হৌনা কপ্পা হৌরক্লম্মী। অঙাং কপ্লিবহু তাবদা সুপী অহুস্থু তুম্বা কায়হুনা "অঙাং অহু করিগী কপ্লিবনো হায়না মাগী সুপাদা হংলম্মী।" জমিদারনা "অঙাংসি মখোং হামনিংঙি হায়, নং খরা পুথোকপিখো।"

সুপী অহুনা "অঙাং পিশক অসিস্থু থাদোকপা য়াদ্রি। নহাক্না অমুক্তা থোকপিরুরো।" জমিদারনা মাগী সুপীদা শাওশিন্নরগা "থোংসি হাম্না হাংদোকউ? অবাবা তাহুনা লৈরিবা মী অসি হাম্না থাদোকখিসি।" জমিদারগী সুপীহু মপুরোয়বনা হায়রক্লিবা বাহু ভাবতাথ্রে। থিনথবা তৌদনা হোৌগংতুনা থোংহু লাওনা হাংদোকলম্মী। মখোয়না ঙাংনবহু তাবদা কাংথোন মথাদা লৈরিবা হুরানবনা কিহুনা হুমাং অনপ্পী কাংলম্বহু সুপীহুনা থোং হেক হাংদোকপদা হিংলে মতাঙুম চেম্তোকখিহুন। অমম্বাহুদা মফম মরাং খংদনা চেনখিরম্মী। হুরানবা চংথ্রবদা কিগল্লবা জমিদারনা হৌজিক্তা বাই শংঙিদা হায়রগা হৌগৎতুনা থোং লোনশিনখি। সুপী অহুনা মপুরোয়বদা চাদ থাক্তনা থমজবা সনা লুপা অস্নুক য়াম্বসি অহিং অমদা মাংলমগনিদো হায়না রারী রাতাই শান্নহুনা হুরারবহু অমুক, লাক্তদ্রা থনবদগী মতৌ মনাওনা তুমদহুনা নোং ঙানবা ঙাইখিরম্মী।

মথংগী সুমিত্তা জমিদারগী পুক্লিংদা অনৌবা মঙাল অমা লাকখি। মহাক্না সনা লুপা ময়াম অমগী মপু ওইহুনস্থু সুপী অঙাংশিংবু মনিং থুংনবা শেংহন চাহনদবা অমদি মতম পুম্নামক্তা মীনাইগুম্না থবক শুবগী বাখল থাদোকখি। শীজিন্নদবা পোৎ থমলুবগী মমল লৈতে থনবদগী অকিবা বাখল থাদোকতুনা পৈহুনা লৈরম্বা লনশিং পুথোকতুনা লৈকায় অহুদা নিংথৌগুম্না পানখিরম্মী।



# কাঙ অমোমগী তেংথা

মতম অমদা মুপী অনি লোনবা কাঙলাবা অমা লৈবম্মী। মহাক্না কৈথেল কারমদাইদা মাগী চুপী অনিদা করি কবি লৈরকউগে হংবদা মুপী অহনবা ঐগী সিন্দুর অহুগা অতোম্বীনা ঐগীনা পাউদার লৈরকউ হায়রম্মী। কাঙলাবদুদা মুপী অনিনা তপাতুনা পিবা ক্না মতপ অদু চারদুনা হবাওনা ঙংলহুনা পাইখ্রে। মহাকনা অসুম কৈথেলগী অকোয়বদ পাইদুনা মাগী চুপী অনিনা লৈরকউ হায়বকপা পোৎশিংদু থিরিঙৈদা লাইকোয় থুংবা নীপা অমনা হাকচম্নখিদুনা মফি থাংগৎলগা হৌৎতুনা চংলিবদু উরম্মী। কাঙ লাবনা নীপা অদুগী মতুং ইম্মরম্রে। নীপা অদু হোৎলিমখৈ পেন্দদুনা ঈ ওরো বো তার যাও লেপক্তে। কাঙ লাবনা ঈদু উবদা নীপা অদুগী মনিংদা তোংলগা ঈ চুপলম্মী। নীপাদু কাঙনা চিকপগী অনাবদু যাওরক্নুনা ঈনা মবুক থল্লবা, লেংবা ঙমদ্রবা কাঙ লাববু মথুবাক অচৌবদুনা থাদুনা থাদুনা–হাৎখোক্লে।

কাঙ লাবনা থেংল ফাউবা হল্লখত্রবদা কাঙ চুপী অনিদু চাবা থকপা চংলমদে। মথোয় অনিনা কৈথেলদা কবিবু তৌগ্রবা হ য়দুনা মথরায় ব্রারম্মী। অসুম হল্লকত্রবদা মুপী অনিনা চুপী অনিনা তেংথাদুনা অসুম্ম কপলম্মী

"ও থাজবু ঙমজবা পামুবা
করিগী হল্লকত্রি হৌজিক ফাও
কনাগী মনিংদা চিকলুহুনা
খুবাক্লা থাহুনা শিগ্রবরা ?
ছুপী ঐখোয়বু থাদোকলম
কদায়দা চৎলিবনো নহাকপু।"

কাঙ ছুপী অনিহু কপ্ল কপ্লহুনা কাঙ লাববু থিবা কৈথেল তম্না ঙংল ঙংলহুনা পায়খ্রে।



## সনাগী তেনবা

থায়না মমাংঙৈদা মুঙগী লৈবাক অমদা লাইওয়বা তেনবা অমা লৈরম্মী। তেনবা অদু লৈবদগী মফম অদুদা হৌবিবা হৈপাল উপাল খুদিংমক্কা তাইবং মীগুম্না মীবোল থোকলম্মী। মুঙগী লৈবাক অদুদা উ হিংচাবা অমনা ঙাক শেন্দুনা পাল্লি। লৈবাক অদুগী রারীতু মালেম শিন থুংনা খংদবা য়াওথিদে। নোংমা নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রি মচা অমগা লৈবাক অদুদা চৎতুনা সনাগী তেনবা অদুবু পুবকসি হায়তুনা রা তাম্নরম্মী। মখোয় অনিনা কনাগুম্বা অমত্তদা থংহল্লমদনা শগোল অমমম তোংলগা কোন্নুংদগী লোন্না অহিংদা থোংশানখ্রে। মখোয় থাবুং অহুম লেপতনা চৎলবাতুংদা মী তাত্রবা চাউরবা শুরুং অমা ফংনরম্মী। শুরুং অদুগী মনাক্তা হৌবা উপাম্বী অমমমদা শগোল অনিতু পুন্দুনা থনম্নগা শুরুং মমুংদা কুমথতুনা চৎখিরম্মী। লেপ্তুনা অস্তুম চৎখিবনা মুঙগী লৈবাক অদু য়েংখ্রে। মফম অদুদা লৈরম্বা মুঙ ময়াম অদু উবদা মখোয় অঙকপা ফংলম্মী। রাজকুমারনা মাং থাদুনা অকি তুজুং লৈতনা লেপ্তুনা অস্তুম চংশিল্লবদা কদোমদগীনো খোঞ্জেল অমনা অস্তুম্না লাওরল্লম্মী "ঙাইথো রাজকুমার, নখোয় অনি সনাগী তেনবা পাম্বদুনা লাকপনি হায়বদো ঐ খংলে। ঐগী রাহং অহুমগী পাউথুম

পিরমদনা চংবা য়ারোই। সনাগী তেনবা কংনিংলবদি পাউখুম চুম্না পিবা তায়। করিগুম্বদা ঙমদবা খোক্লবা নখোয় অনি শোয়দনা মুঙ ওনগনি। সনাগী তেনবা পামতুনা লাকপা নংঙম্বা নিংথৌ মচা কয়া মুঙ ওন্দুনা লৈরিবশিংসিনী। রাখল মুম্না থল্লু, নখোয় মকম অসিদগী হুনখিবনা যগনি।" খোঞ্জেল অদু তাবদা মখোয় অনি চংশিনবা ঙমদনা য়েংথোকখিবদা রাং চাউরবা উ হিংচাবনা লেপলম্বদু উবদা অকিবা পোকলম্মী। রাজকুমারনা রাখল খন্থরবা তুংদা উ হিংচাববু য়েংলদুনা হায়রকই "ননাই ঐখোয় সনাগী তেনবা পুদনদি কোম্লুংদা হল্লরোই। রাহং অদু হংবিরো?" উ হিংচাবনা অহানবা রাহং হংলক্লে "মালেমদা খ্বায়দগী হেন্না মুংঙাই য়াইকনা পানবা মীয়ইদু কনানো?"

রাজকুমারনা রাখল মুম্না থল্লবতুংদা অম্তুম্না পাউখ্রুম পিরকই "মালেমদা মীগী মরল তোন্দবা, অনা-যেক য়াঙদনা হকচাং ফনা লৈবা মীয়ই অদুনা খ্বায়দগী হেন্না ঙুঙাইবনি।" রাজ-কুমারগী পাউখুম তাবগা উ হিংচাবনা ওনিশুবা রাহং অমুক হংলকই "লৈবাক্কী নিংথৌ অমা ওইরবদি মরুওইনা করি গুণ চেনবগী মথৌ তাবগে?"

রাজকুমারনা "লৈবাক্কী নিংথৌ অমা ওইরবদি প্রজাশিংগী য়ানবা চৎপা, লৈচ লাইরবা শিংবু মতেং পীবিবা অমদি মীপুম খুদিংমকপু চপ মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংব হায়বসিনা ইহান হানবদা নিথৌ অমগী চেনগদবা গুন শিংনী।"

উ হিংচাবনা রাজকুমারগী পাউখ্রুম তাবদা পেল্লদুনা অহুমশুবা রাহং হংলবই "মালেমদা মিৎনা উবা ঈশ্বর হায়বসি কনানো?" রাজকুমারনা "মালেমদা মিৎনা উবা ঈশ্বরদি ঐবু পোকপিবা পালেম পাম্বৈবনি।"

ৱাহং খুদিংমক্কী পাউথুম মত্তিক চানা খুম্বা ঙমলবদা উ হিংচাবানা থাগৎ ৱাহৈগা লোয়ননা রাজকুমার অমদি মন্ত্রি মচাবু খাদোকপিরে। মহাক্না সনাগী তেনৱাদু নখোয়গী নক্ষমদা শিন্নরবনি। মতম কুইরবনি ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পিবা ঙম্বা মীয়ইদু ঙাইরকপা হৌজিকতী ঐস্লু মক্ষম অসিদা লৈবা য়াদ্রে হায়রম্লগা মক্ষম অদুদগী মাংখিরম্মী। রাজকুমার হরাওনা মন্ত্রি মচাগা লোয়ননা সনাগী তেনৱাগী মনাক্তা লাক্লে। মক্ষম অদুদা হৌরম্বা উপাল ৱাপালশিংনা ঈশৈ শক্লুনা, জগোয় শাদুনা মখোয় অনিবু তরাম্না ওকলম্মী। সনাগী অগ্নাদা তোংলম্বা সনাগী তেনৱানা লেংশিনবিরকউ রাজকুমার হায়না মুংশিনা কৌরকই। রাজকুমারনা তেনৱাদা "ঐখোয় নহাকপু লৌবা লাকপনী" হায়বদা সনাগী তেনৱানা "ঐস্লু উ হিচাবগী ৱাহংগী পাউথুম পিবা ঙম্বা মীয়ই অদু ঙাই-রকপা কুইরবনি।" তেনৱাগী ৱা তাবদা রাজকুমার হরাওরম্মী। মহাক্না মুঙ ওন্দুনা লৈরিবা নিংথৌ মচাশিংবু অমুক হিংগৎ-হনবিউ হায়রম্মী। সনাগী তেনৱানা সনাগী পুখ্রি অসিগী ঈশিংনা মুঙ শিং অসিদা চাইবিউ অদু ওইরবদি মখোয় পুম্নামক লোয়না মী ওল্লকনী।" তেনৱানা তাকপা ৱা মতুং ইন্না রাজকুমারনা পাত্র অমদা ঈশিংদু শোকলুদুনা মুঙ শিংদা চাইবদগী মুঙ ওল্লম্বা নিংথৌমচা পুম্নামক হৌগৎলক্লে। মখো-য়না রাজকুমারবু খুরুম্নমলগা মাগী মাগী লৈবাক্তা হন্নখি। রাজকুমার সনাগী তেনৱাদু পুরদুনা মক্ষম অদু থাদোক্লুনা লাক্লে। সনাগী তেনৱানা মক্ষম অদুদগী চৎখিবগা জগোয় শারম্বা, ঈশৈ শকলম্বা হৈপাল উপালশিং তুমিন তুমিন লৈখিবনা মক্ষম অদু ইচিক চিকখিরম্মী। মখোয় অনি তেনৱা অদুগা লোয়ননা শুরুংগী লম্বী লাম্ছোক্লুনা শগোল অনিগী মনাক্তা

থুংলরে। মকম অতুদা ঙাইহাক পোখাররবা মতুংদা শগোল তোংলগা মরৈবাক লমদম পাংথিরম্মী। মখোয়না কোম্লুংদা হেক থুংবগা লমদম অতুদা হৌরম্বা হৈপাল উপালশিংনা সনাগী ঙ্তেনবাবু হেক উৎদা জগোয় শাবা, শকপা হৌথিরম্মী। নিংথৌ অমদি প্রজা খুদিংমক ঙঙকপা ফংখ্রে। রাজকুমারনা সনাগী ঙ্তেনবাবু সনাগী অগ্লাদা তোংহন্দুনা মাগী ফুরা দলানগী য়ুমদা থমথিরম্মী। লৈবাক লৈবাক্কী নিংথৌ কয়ানা রাজকুমারগী লৈবাক অতুবু স্বর্গগী অমরাবতিনি হায়ন থন্নখী। নিংথৌনা রাজ-কুমারদা নিংথৌ খুভম শিন্নরবা তুংদা উপাল হৈপালশিংগী ঈশৈ জগোয়না থৌগন তৌদুনা পুন্সি পন্দোম লোম্বা ফাওবা য়াম্না নুঙাইনা পানথিরম্মী।



# থৌনাফবা মরূপ

মমাংঙৈদা য়াম্না লুনা তিম্নবা ঙা ফাত্নুনা য়োল্লগা মপুন্সি হিংজবা মরূপ অনিথক লৈরম্মী। মখোয় অনি মতম পুম্না-মক্তা অমনা অমগী যুমদা চা-থক্নুনা লৈখোকই। নোংম মুমিদাং অমা মরূপ অমনা অতোপ্পা মরূপ অত্থুগী ময়ুমদা কোযবা লাকলম্মী। মখোয় অনি চামিন-থকনিম্নরবা মতুংদা কোয়রক্লিবা মরূপ অত্থুনা "হয়েংদি, নোংঙাল্লমদাইদা ঙা ফাবা চংসি।" ঙম্না মিকপ থোকপা অমনা হৌবা লাকনবা হায়না ঋারেপ তাম্নরে। মরূপ অনিনা শান্নরিবা ঋারীশিংত্থু সঙ্কোংদা ভূত অমনা লুমত্থুনা তাখিরম্মী। ঙাইহাক ঋারী ঋাতাই শান্নরবগী তুংদা থেংজিল্লক্লবদা মরূপ অত্থুনা "হয়েংদি শোযনরোইসিকো" হায়বগা মযুমদা হনখি। অসুম্না মরূপ অনি মাগী মাগী মুমদা গুংঙাইনা তুমথুন তাম্নখ্রে। অতিং নোংয়াই য়ৌবক্লবদা ভূত অত্থু কোয়বা লাকলম্বা মরূপ অত্থুগী ময়ুমদা চংখিরম্মী। মহাক্না মরূপ অমত্থু শাশিন্নত্থুনা "মরূপ হৌগংলো নোং ঙানগদৌরে, ঙা ফাবা চংলসি।"

হাইনথিবা ঋা মতুং ইম্না নোংঙানদৌরিমানে থন্দুনা মরূপ অত্থুনা "মরূপ নংনবু হাম্না লাক্লে" হায়রগা তুংগোন অমা পাই-থুনা মমিং নোইর নোইর মপান থোরক্লে। অমম্বত্থুদা ভূত

অদুবু মাগী মরুপতুনি থন্দুনা লোইনদুনা চৎমিন্নখি। লম্বীদা ৱা থোইনা ঙাংনরুদে ভূত অদুনা মাবু শুম্নহৎতুনা পংচৎতো চৎখিরম্মী। ভূতনা মহাকপু লাপ্পা পুথ্রবগী তুংদা প.ৎ অমা য়োৌরে। পাং অদুগী থাইবোক অমা ভূতনা য়াং.। পন থিংদুনা শিৎপা হৌগৎখ্রে। অদুক চাউরবা পাং অদু ঙাইহা-রুংদা কংলবদা নীপা অদু ঙকলম্মী। মহাক্না ঙামু, ঙাক্রো, উকাবীনা চিংবা ফাদুনা তুংগোন থনখ্রে। ভূত অদুদি ঙা ফার ফারগা চারম্মী। নীপা অদুনা মদু উবদা মাগী মরুপতু চিংনরক্লে, শোয়দনা ভূত ওইরমগনী হায়বসি মবুক্লিংদা থল্লম্মী। ভূতনা মরুপ শাশিন্নদুনা অহিঙদা মাবু পুদুনা লাক্লে হায়বসি থংলদুনা করম তৌরগা মফম অসি থাদোকতুনা চেনসিগে ৱাখল থনবা হৌরকই। মহাক্না ভূত অদুদা "মরুপ নহাক ঙা ফারমথো, ঐ মথক্তা কাখৎতুনা খোং হামলুথিগে।" ভূতনা "অসিদা অস্থুম হামজিল্লু হায়রকই।" নীপা অদুনা নংদ্রে হায়রবদা ভূতনা চেনখিদনবা নীপা অদুগী মৌথ্বাংদা থৌরী অশাংবা অমনা পুল্লগা থৌরীগী মচিন অদু পায়হৌরগা য়াংনা হল্লকউ হায়দুনা থাদোকলম্মী। নীপা অদু মখোং হাপ্পা শাশিন্নদুনা ফমলগা থৌরী অদু লোৌথোকতুনা মথৱায় হিংনবা লৈজবী থাদুনা চেনখ্রে। ভূতনা থৌরীদু চিংলু-বদদি নীপাদু লৈরমদ্রবদা চেনখ্রে হায়বা খংলদুনা হুংশিৎকী মাং থানা তাম্নরকখি। নীপাদু চেনবগী পাঙ্গল লৈশিল্লকতরে। ভূতনা মাবু তাম্নদুনা ফারবদা নীপাদু থৌনা থোরকতুনা শিরবম্থ চংলবম্থ অদুমঙাই থন্দুনা ভূতকা কন্না লাকনখিরম্মী। ভূত-নমুক থাদৈ নীপাদুনমুক থাদৈ অস্থুম্না অননা অমবু থাদোকনখিদবনা নোং ঙালি ঙালি তৌরক্লে। নোংঙানদুনা উচেক ৱায়াগী মখোল তারকলবদা ভূত অদু মপাঙ্গল শোম্নরক্লম্মী। নীপা

অহুনা ভূত অহুবু কোনখিবদগী থাদোকখিদ্রে। মহাক্না খুনগী মীয়াম তনবা ভূত অমা ফারে হায়হুনা কোয়লাও লাওবদা ময়াম পুন্নামক তাহুনা মফম অহুদা চেল্লকলম্মী। নীপা অহুগী মরুপ অহুম্নু ঙা ফাবা চৎনবগী দমক মকল্লু হৌবা চৎলুবদা ফংনরক্কুবদগী মথম্তা চৎখ্রমানে খন্দুনা পাংৎ তম্না লাকপদা মফম অহুদা থুংলম্মী। মখোয় ময়াম চংহুন। ভূত অহুবু ঈম্না কুপ্তুনা ফারগা যোহ্লিং চনখরে। নীপা অহুনা ময়ামদা থোকাখিবা থৌদোক্কী ৱাবীহু তমলবদা মাগা মকপ অমদি ময়ামনা মবিংক্লেন মথৌনা কৈ হায়না থাগৎনরম্মী।

খুনগী মীয়ামগা লোয়ংনা মকপ অনিনা ভুত অহুবু হিংনা হিংনা মৈ থাহুনা হাংলম্মী। মুনিং অহুদগী হৌনা ঙা ফাবা মরুপ অনিনা নোং ঙান্দুনা উচেক ৱাযা খোংদ্রিডৈগী মমাংদা ঙা ফাবা চৎনদবা হায়না লেপনখি।



# যাদুগী চৈ

থায়না থায়না মচিন মৌপ্ৱা অম্না লৈরম্মী। নৌনা মমা মপা নোঙ্গাখিবনা মচেনা মৌপ্ৱাবু নাওকোন্দুনা পুংবক চাউজরে। নোংমদি মচেনা জঙ্গলদা শীং চনবা চৎপদা মৌপ্ৱানা চংকে হায়বদগী পুবিরম্মী। তুপী মচা অতুনা মৌপ্ৱাবু উখোং অমদা ফমহল্লমলগা শীং থীরি। তাঙ্গা অতুদা হিংচাবী অমা পাইরক্লুনা নিপামচা অতুবু ফাতুনা পুখিরম্মী। মচেনা শীং কোকথোং ফাতুনা ময়ুমদা হল্লগে হায়না উখোং অতুদা লাকপদদি মৌপ্ৱাদি লৈরমদ্রে। তুপীমচা অতু মথৱায় ৱানা মৌপ্ৱাবু খোঞ্জেল হৌনা হন্না হন্না কৌরম্মী। মহাক্না শিং কোকথোং অতু থাদরল্লগা জঙ্গল মতুংদা কোয়চৎ চংতুনা থিবদা ফংখিদ্রে। মৌপ্ৱা খিবা ফংদ্রিমথৈ ময়ুমদা হল্লরোই খন্দুনা মহাক্না অস্থুম কৌকৌতুনা চংখিবদা লাপ্লবা মী তাদ্রবা মফম অমা য়ৌথি। মফম অতুদা মনা য়াওদ্রবা উজাও অমা থেংনরুতুনা তুপী মচা অতু ঙকলম্মী। মহাক্না খল্লি "মফম অসিদা হৌরিবা পাম্বী থুদিংমক মনা পাল্লগা উজাও অসিদি মনা পান্দ্রিবা করিগীনো?" তুপী মচা অতুনা উজাও অতুগী মথক্তা য়েংতুনা লৈরিঙৈদা লাইওইরবা উ অতুনা অস্থুম্না হায়রকই "তুপী মচা ঐগী ইথোং অতুদা তীন অচৌবা অমা লৈবনী মতুবু

নহাক্না তানথোকখিবা ঙমলবদি ঐনা যাত্নগী চৈ অমা নঙোন্দা পিগনী।” মুপী মচা অদুনা মহাক্না পায়রকপা থাংনা উজাও অদুগী মথোংদা খজিক্কং তৌথোকলুবদা তীন অচৌবদু পাই-থোকখ্রে। তীন অদু থোকখিবগা উজাও অদুদা মনা পানহুনা লৈনা ইঙাং ঙাংনা শাংখিরম্মী। উজাও অদুনা পেনখিহুনা মুপী মচাদুদা যাদুগী চৈ অমা পিরগা "চৈ অসিনা শোক-লবদি নংনা অপম্বা পোৎশকতু ফংবা ঙমগনী।”

মুপীমচাদু হরাওনা উজাও অদুবু থাগৎলম্লগা যাদুগী চৈ অদু পুহুনা চংখিরম্মী। মহাক্না খরা চংলবা তুংদা খ্বায়দগী হেন্না রাং চাউরবা অকনবা নীপা অমা মমিংতা ফত্তবা তীন অমা চংখিবদগী মমিং মমখিহুনা ফমহুনা লৈরম্বা থেংনরে। মুপীমচা অদু রাং চাউখ্রবা নীপা অদু উবদা ঙকলম্মী। মহাক্না ক্ষিরপ তৌনা হংলকই "মহাশয় নহাকপু কনানো?”

রাং চাওবা মী অদুনা "মুপী মচা ঐদি পৃথিবীদা কনবদা মপা লৈত্রবা নীপানি অদুবু পিক্লবা তীন অমনম্ভ ঐবু মাইথিবা পিরে।”

মুপী মচা অদুনা য়াম্না থংনিংনা তীন অদুগী মরমদা হংলবদা নীপা অদুনা মাগী মমিং অদু ফত্তবা তীন চংখিবদগী উখিদ্রে হায়রম্মী।

মুপী মচানা "রাগয় মহাশয়! ঐনা শোয়দনা মিং উহনগনি” হায়রগা যাদুগী চৈ অদুনা মমিংতা নানবদগী রাং চাউবা নীপা অদু মমহুনা লৈরম্বদো তাইবংপান পুম্নামক উবা ফংলে। মহাক্না মুপীমচাবু থাগৎলগা মী পোং তাত্রবা মফম অসিদা করিগী লাক্লিবনো হংবিরম্মী। মুপী মচানা "ঐগী ইউপ্বা মাংখ্রে অদুনা মাবু থিরকপদা মফম অসি য়ৌরকপনি।”

নীপা অদুনা "ঐনা শোয়দনা নত্তেং পাংগনী” রা অসি হায়রগা মুপীমচা অদবু মখুবাক্তা ফমহল্লগা মফম অদুদগী



"মফম অসিদা হৌরিবা পাম্বী খুদিংমক মনা পাল্লগা উজাও অসিদি মনা পান্দ্রিবা করিগীনো?"

পাইদুনা চৎখ্রে। মখোয় অনি শুরুং অমগী মনাক্তা থুংলম্মী। নিপা তদুনা "শুরুং অসিগী মন্নুংদা হিংচাবী অমা লৈ। মহাক্কা নংগী মৌপাবু ফাজিন্দুনা থম্লিবনী অল্লাবদি ঐগী অমুক চাউরবা ইশাসিনা করম্না শুরুং মন্নুং অসিদা চংগনি।"

নীপা অহুগী বা তাবদা মুপী মচাদু মৌপাবু ফংলগনী খনবদা হল্লাওরম্মী মহাক্কা যাদুগী চৈ অদুনা ব্লাং চাওবা নীপা অদুবু পিশক পিকহল্লে। মুপী মচা অদুগা লোয়ননা অকনবা নীপাদু শুরুং মন্নুংদা চংখিরম্মী। মখোয় অনীনা নীপামচা তদুবু হিংচাবীনা পংথহল্লগা থমলম্বদু থেংনরুরে। মচেনা যাদু চৈ অদুনা মৌপাগী মশাদা নানবদগী জ্ঞান তারকতুনা মচিন মৌপা কোম্লহুনা কপমিন্নরে।

অকনবা নীপা অদুনা অঙাং অনিবু পুদুনা থোরকপদা হিংচাবী অদু হঙ্কিল্লকতুনা মখোয়গা থেংনরম্মী। হিংচাবীনা "অমা চাগে থল্লমবদু অহুম শুরবনিনা যাম্না নুংঙাইরে" ঙাংলদুনা লাওরকলম্মী। অকনবা নীপাদু শুরুং মন্নুংদগী অঙাং অনিগা লোয়ননা হিংচাবী অদুগী মখুত্তগী নান্থোকতুনা থোকখ্রে। শুরুং ব্লাংমা লান্থোকলবদা মুপী মচানা মাগী যাদুগী চৈ অদুনা নীপা অদুবু অমুক হাম্নগী ফিভমদু ওইহনখ্রে। হিংচাবী অদুনা লাকচৈদা হায়রগা মখোয়বু হাৎলগে মতাগুম পাইথোরক্লে। অকনবা নীপা অদুনা অঙাং অনীবু নাথৈদুনা থম্লগা হিংচাবীগা লানথেংনরম্মী। মহাক্কা হিংচাবীবু মখুৎ নাম মখোং নাম পায়দুনা তঙ্খায় তানা শেগায়রগা হুনখ্রে। হিংচাবী শিরবদা অকনবা নীপানা অঙাং অনীবু মখুৎতা ফমল্লগা পাইথিদুনা ময়ুম লমদমদা থিনবীখি। মচিন মৌপা অনিনা যাদুগী চৈ অদুগী মতেংদগী নিংথৌগুম্না নুংঙাইনা পাখি।



# লাই খুৎশাংবী

থায়ন। মমাংঙৈদা চাওরবা লৈবাক অমদা লাইখুৎশাংবী অমা লৈরম্মী। মহাক্না মতু শোল্লবা কয়াগী ইমুংদা অহিংদা চৎতুনা মী অমমম চিংথোক্লুনা হাংলম্মী। মীশিং য়াম্বা ইমুংদদি মহাক্না কিবদগী চৎলমদে। লৈবাক অতুগী মীপুম খুদিংমক্না মুমিৎ তাথ্রবদি লাইখুৎশাংবী কিবদগী থোং লোন্দুনা লৈনথি। লৈবাক অতুদা লৈবা মখোয়না ফবা তকনবা নীপা কয়ানা পুল্লগা অহিংদা লুমতুনা লাইখুৎশাংবীবু হাংনবা হোৎনবদা ওমাখদে। নোংমা লাইখুৎশাংবীনা অহিংদা মতৈ মনাওগা মচা পিশক অমত্তগা লৈজবা য়ুম অমদা লাকলম্মী। য়ুম অতুগী নীপাত্থু য়াওং ইনত্তুনা লৈবনা মপা মমা য়েংলুগনি হায়না চংখিবদগী মুমিৎ অতু হল্লকখিদে। অহিঙদা লাইখুৎশাংবীনা থোংনাওদা লাক্লুনা মুপী অতুবু কৌরকই "ও মুপী নপুরোয়বা লৈব্রা ?" মুপী অত্তুনা লাই খুৎশাংবীনি খংতুনা লৈ হায়না খুম্বদগী লাই খুৎশাংবীত্থু কিত্তুনা চংখিরম্মি। মথংগী মুমিৎতস্থু মপুরোয়বা হল্লকখিদে মুপী অতু মুমিদাং ওইনিল্লক্লবদা মচা পিশক অতুগা থোং লোন্দুনা লৈখিরম্মী। মী খুদিংমক তুম্লখ্রবা, মীচিক মীরাওগোল তাহিল্লবা মতমদা লাইখুৎশাংবী অমুক লাকতুনা মুপী অতুগী থোংনাও মনাক্তা লেপ্লগা কৌরকই "ও মুপী

নপুরোয়বা লৈরব্রা ?" মুপী অচুনা ইচং থৌনা "লৈ করি থবক্তীনো ?" পাউথুমপিরম্মী। লাইখুৎশাংবীনা মুমিৎ অচুমু করি-মতা হায়রমদনা হনখি। হুমনিশুবা মুমিৎতা মপুরোয়বা হল্লক্বদা মুপী অচুনা লাইখুৎশাংবী অহিংদা লাকলম্বগী রারীচু লীরম্মী। নীপা অচুনা মাগী মুপীদা লাইখুৎশাংবীনা ঙসি অমুক লাক-তুনা হংলরবদি লৈতে খুমগদবনি হায়না তাকপিরম্মী। নীপা অচুনা মাগী অথৌবা থাংশাংচু ফেংচুনা অমুক হেন্না থৌহল্লে। মুমিদাং চান-থক্লবা লোয়রচুনা মতৈ মনাওনা মিংশেম থাংচুনা লাইখুৎশাংবী ঙাইচুনা লৈখি। অহিং য়োরবদা লাইখুৎশাংবী লাক্লুনা মুপী অচুবু অমুক কৌররে। "ও মুপী নপুরোয়বা য়ুমদা লৈরব্রা ?" মুপী অচুনা মপুরোয়বনা তাকপা রা মতুং ইন্না লৈতে খুমলম্মী। লাইখুৎশাংবীনা "তান চারেদা, ঙসিদি নমা নচাবু চাবা তারে।" অসি হায়চুনা ফকলাং অহোবদা মখুৎ অশাংবা অনিমক থিংজিল্লক্লে। মখুৎ অনিচু অসুম অসুম শাংদোরকপা তাঞ্জা অচুদা থাংশাং পায়রগা ঙাইচুনা লৈরম্বা নীপা অচুনা লাইখুৎশাংবীগী মপাম্বোম অনিমক ককথৎতুনা লৈমায়দা থাদরম্মী। মখুৎ অনি য়াওদ্রবা লাইখুৎশাংবী নামন-থিচুনা মুপী অচুদা "ও মুপী চিম্থিবী, নপুরোয়বা লৈতে লৌনম্মী" রাহৈ অসি হায়চুনা লাওরম্লগা ঈনা ওরো রো তাচুনা মী পোং তাত্ররা মক্কম অমদা চেনথিরম্মী। মুনিৎ অচুগী মতুংদগী লাইখুৎশাংবী লাকখিদ্রে। মহাক লৈতবদগী লৈবাক অচু মরা তপ্পা মুংঙাইনা লৈখিরম্মী।



# অশিংবনা মনা লৌবা

থয়না মমাংঙৈদা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী নাইতোম পোকচবী মমোম অমা লৈরম্মী। অমত্তা পোকপগী হৌনবী মানা তৌনিংবতা তৌবদা কনানসু অখিংবা পিদে। থাজ য়োঙ্গবগী মতম লাক্লবদা মপাবুংনা মশক মতৌ ফজবা, মরিংজেন মথৌনা ফবা রাজকুমার কয়াবু মচানা মথরায় তাবা খঙ্গনবা বার্তোন তৌহনা কয়ারক হন্না পুরকখি অদুবু রাজকুমারীনা অমত্তবু মাগী বর ওইয়ু য়াখিদে। মহাক্না মপাবুং নিংথৌদা "হুমিং হুমনি চুপ্পা মীনা তাদ্রিবা ৱারী লিবা ঙম্বা নীপাদা ইপুরোয়বা ওইগনী অদুগা ৱারী লিখৎলুরগা ঙমহৌদবাশিংহুনা ঐগী মীনাই ওইবা" হায়না অমা থমলম্মী। মমোমগী থাংগৎলক্লিবা হায়ম অদু মপাবুংনসু য়াবিরে। নিংথৌনা "হুমিং হুমনি মীনা তানদ্রিবা ৱারী লিবা ঙম্বা নীপাদা অওং অউনগা লোয়ননা রাজকুমারীবু লুহোংহনা পিগনী অদুগা ঙমহৌদবনা মীনাই ওইগনী" অদুম্না লৈবাক পাউজেল চৎহনখ্রে। পাউজেল ফংহুনা লৈবাক কয়াগী নিংথৌ মচা কয়া, অকাওবা ৱারী লিবা কয়াসু কোন্নুংদা ৱারী লিবা লাকখি। মখোয় পুম্নামক মাইথিবা ফংহুনা রাজকুমারীগী মীনাইশিংদা চনখিরম্মী।

নোংমগী রাজসভাদা লৌশিং লৈরবা লাইরবা লৌমী পাখং অমা

লাক্নুনা ' ইনিংথৌগী পাউজেল মতুং ইন্না ননাই ঐহাক হুমিৎ হুমনি মীনা তাদ্রিবা ব্বারী লিজগে লাকচবনী।" নিংথৌনা পাখং অহুনা হায়জবা মতুং ইন্না মথংগী হুমিৎতগী কোম্নুংদা হুমিৎ হুমনিচুপ্পা ব্বারী লিগনী হায়বা পাউজেল নিংথৌনা চেম্থোকহনথে।
নোংঙানবগা ব্বারী তাবগী দমক কোম্নুংদা খোংতেক মিৎতাং খাক্তনা শুনা তিনখ্রে। রাজকুমারীসু মস্তারোয় ময়ামগা লোয়ননা ফমফম লাংদা ফনখি। নিংথৌনা পাখং অহুদা ব্বারী হৌনবগী য়াথং পিরকই। মসি য়াথং ফংলবদা লৌমী পাখংনা ব্বারী লিবা হৌব্রে।
অহানবা হুমিংতু পাখং অহুনা মাগী ইমুং মনুংগী ব্বারী মৈহৌ-রোলদগী হৌনা লীখিবনা নোং ঙানখিবা খংহৌদে। হুমিৎ মীনি শুবা হুমিৎতা মথোয়গী লৌউ শিংউগী ব্বারী হৌরকই। লৌয়াম উবগী হৌনবী মপলাবা চাম, ইরোই চামগী ব্বারী অহুগা মপ, ইরোই শিংহু য়েংশিল্লবা মীনাই চনিগী ব্বারীনা হুমিৎ ভহুমসু হৌখিরম্মী। ময়াম পুম্নমক অমুক্তা তাদ্রিবা ব্বারী ওইবনা চাদ থক্তমথে ব্বারা তাবদা ময়া কাথিহুনা হয়িং পাইশিনবা খংখিদে। ময়াম্মা চীবোন চীবোন ঙাংনখি "শোয়দে, নীপা অসিনা রাজকুমারীবু ফংলগনি।"
হুমনি শুবা হুমিৎতা লৌমী পাখংনা মথোয় ইমুংগী লৌ লিংবগী ব্বারীদগী হৌহুনা ফৌ মুনবা ফাওবদা হুমিৎ তাখিবা খংহৌদে। হুমিদাং চুপ্পা ফৌ খাওহুনা মমুমদা পুখংলক্লগা ফৌকোৎ চামদা ফৌ হাপচিনবা য়ৌব্রে। ব্বারী লৈশিল্লকত্রবদা লৌমী পাখংনা লৌশিং অমা লাক্লহুনা মখা অমুক তাথরকই। ফৌকোৎ খুদিংগী উচেক শিংনা কদোমদগীনো পাইশিল্লকহুনা ফৌ মবুক খল্লা চারগা অমা পাইখি অমা লিংশিল্লকই অমুম্মা হজিন হজিন

উচেক লীশিং লীশিং পাইথোক পাইশিন ভৌহনবদা হুমনী শুবা মুমিং অতুমস্থ হৌথিরম্মী। ময়াম পুম্নামকনা ইপোকখৈংগী তাদ্রিবা অঙকপা রারীনি হায়না রা রা লাওনরকই।
রাজকুমারীনা তাথ্রবা রারেপকী মতুং ইন্না থোরকতুনা লৌমী পাখং অতুদা লৈ পরেং হুকখি। মপাবুং নিংথৌনা অম্মুক হন্না মথোয় অনিবু চাউনা লুহোংবিরম্মী। লৌমী পাখংনা রাজকুমারীগা লোম্বনন। কোম্মু দা মুমিং খরনি লৈরবগী তুংদা নিংথৌদা মাগী লৈবাক্তা চৎচরগে হায়বগী য়াথং লৌরম্মী। নিংথৌনা অঙৌনপোৎকা লোয়নন। মচা ময়াবু মনাশিং থাতুনা থিলহনখি। লৌমী পাখং অতু মশাগী লৌশিংদগী রাজকুমারীবু ফংতুনা শেগা মাইগা মুংডাইনা পানখিরম্মী।

**❀**

# মহাদেবকী বোর

থায়না মমাংঙৈদা লৌয়াম উবা নীপা অমগী মচানীপা পাখং অমা লৈরম্মী। লৌ উনবা মতম ওইবনা মপানা মহাকপু লৌহোন ঙাকপগী দমক মুম্বিং খুদিংগী লৌবুক্তা থারম্মী। লৌয়াম উবগী হৌনবী লৌহোন হুনবগীসু লেপ্পা লৈতে। পাখং অদু মুংশা মরক্তা মুমিং খুদিংগী উরিক তানবদা মথনাও কংলে। উচেক অমা নত্রে ঙমা ফৌ থনদুনা চাগদবগী পাইরকপা লেপতে। পাখং অদু হো-য়া লাওবদা অতনবা পোকলম্মী। করম তৌরগা উচেক ময়ামসি ঙাক্কনি থনবদা উপাই লৈত্রদুনা মহাদেব নিংদুনা লৈখি। মহাক্না চাদ থক্তবমথৈ লাই নিংবদা মবুক্কিং লুপখিদুনা ময়ুমদা হজিল্লগে হায়বা ৱাখল কাওখি। অহিং মুংথিল থাক্তনা মহাদেবকী মিংথৈ শোনখিবনা কৈলাসতা মহাদেব লৈবা ঙমখিদে। মনাইবু দরশন পীবিরগে খন্দুনা মহাদেবনা পাখং অদুগী মমাংদা শং শং থোরকতুনা "নীপা নংনা অপাম্বা করিনো?" পাখং অদুনা মহাদেবপু খুরুমলগা "প্রভু ননাই ঐহাক উরিক তানবদা য়াম্না ৱারে অদুনা চিনদা লাওবগী মহুত্তা ঐনা তুমদুনা লৈরবসু, মতম পুম্নামকতা ঐগী অমাংথোংদগী হোই হোই হায়বা খোঞ্জেল অদু থোকহনবিউ।" মহাদেব হায়বদু অঙাউবা লাইনিনা "নংনা নীংবা থুংজরো"

হায়রগা মক্কম অতুদগী মাংখিরম্মী। মহাদেবকী বোর অতু ফংবদগী পাখং অতু অমাং খে'ংদা হোই হোই লাওবা হৌথি। উচেক শিংনা লেপ্পুনা লাওরিবা খোঞ্জেল অতু তাবদগী লৌকম অতুদা পাইরকখিব্রে। পাখং অতুনা ময়ুমদা হুঞ্জিল্লবস্তু মাম্পী লাওরিবতুদি লেম্না লৈখিদে। ময়ুমগী মীনা তানিংদবদগী মহাকপু লৌকম মনাক্তা যুম মচা অমা শাবিতুনা লৈহনখিরম্মী।

নোংমা অহিং অথেংবদা হুরানবা খরনা হোই হোই লাওরিবা মখোন অতু তাতুনা পাখং অতুগী মনাক্তা লাকলম্মী। মখোয়না পাখং অতুবু উবদা অঙকপা পোক্লে। হুরানবশিংনা মতৌ করম্না অমাংখোংদগী খোরক্লিবা খোঞ্জেলনো হংলবদা পাখং অতুনা মহা-দেবকী রোরদগিনী খুম্মলম্মী। লাইবী বোর ফংলবা মীনি মহাক পুরবদি শোয়দনা মায় পাকনি থন্দুনা হুরানবশিংনা পাখং অতুদা নিংথৌ কোম্ভুংদা সনা লুপা হুরুসি হায়না হৌরম্মী। মখোয়গী বাদো পাখং অতুনস্তু য়ারবদা হুরানবশিংতুনা চরু শুদাপ অমনা পাখং অতুগী মথুনদা মেনশিল্লে। চরুনা মেন্নবদগী হোই হোই লাওরিবতু লেপখিরম্মী।

হুরানবশিংনা নিংথৌগী থোং নমথায়তুনা সনা লুপা বোরা বোরা মপান্দা হোন্দোকলম্মী। লুমথ্রবা বোরাশিংতু থাংবদা হোই হোই লাওবা পাখং অতু মৌথ্বাং নামনখিতুনা মনিং চপ য়ুংখৎলগা নোঙ্গরিঙৈদা নিংথৌগী ষণ হাত্তমতু থৌরী নানথোকতুনা লাক-পদগী পাখং অতুগী মখুমদগী চরুতু চিংথোকতুনা চাখিরম্মী। খুদক অতুদা পাখং অতু হোই হোই লাওবা হৌব্রে। খোঞ্জেল অতু তাবদা নিংথৌগী থোংশংবনাচিংবা মনাই পুম্নামক খুৎলাই পাইতুনা চেন্নরক্লে। চেনক্কম খংদ্রবা হুরানবশিংতু নিংথৌ মনাই-শিংনা নমতুনা লোয়না ফারে। হোই হোই লাওবা পাখং অতুদি নাম্বোকতুনা চেনখিরম্মী। মহাক্না ফনা চেন্দুনস্তু নিংথৌ

মনাইশিংনা খোঞ্জেল অতুগী মাইগৈ তম্লা তাম্লরক্লে। ফংগদবা খজিক্কুং ঙাইরবদা পাখং অতু উপাই লৈত্রতুনা পুখ্রি অমদা চোংথখিরম্মী। মহাক্না ঈশিং মন্নুংদা লোৎচরবস্থু মখোল অতুদি লেপতবনিনা কোঙ্গোল ব্রোক ব্রোক কাবা উতুনা নিংথৌ মনাইশিংনা মহাকপু নমতুনা ফারে। পাখং অতুবু পুরকতুনা নিংথৌদা মনাইশিংনা শিন্নরম্মী। নিংথৌনা পাখং অতুগী হোই হোই লাওবা খোঞ্জেল তাবদা অঙকপা পোক্লে। পাখং অতুনা মহা-দেবকী বোরদগী ফংলিবা দশানি হায়রম্মী। নিংথৌনা নহাকী নপান্দগী হুরানবশিংগা কোন্ননা ঐগী মমল য়াম্লবা লনশিং অসি ফংলিবনী হায়তুনা মনা ওইনা সনা লুপা বোরা অমা পিরগা হোই হোই লাওবা পাখং অতুবু থাদোকপিখি। পাখং অতু মানা ওইরিবা ফিভম অতু খন্থরুবদা মথৱায় চাকলম্মী। মহাক্না লৌবুক্কী য়ুম অতুদা অমুক চৎখিতুনা মহাদেব নিংবা হৌখ্রে। মহাদেবনা পাখং অতুগী অৱাবা উতুনা মমাংদা অমুক থোরকতুনা "হায়য়ু নীপা নং করি অমুক পাম্লিবগে?" মহাদেব উবদা পাখং অতুনা "প্রভু ননাইদা পীবিরম্বা বোর অতু অমুক হন্না লৌশিন্‌বিরো হায়জরম্মী।"

মহাদেবনা নোক্লতুনা "ঐনা অমুক বোর অতু লৌশিল্লবনী। "ৱাদনা সুংঙাইগে হায়বা খক খনগনু।" ৱাহৈ অসি হায়রল্লগা কৈলাসতা হনখ্রে। মহাদেবনা চৎখিবগা পাখং অতুগী হোই হোই লাওরম্বতুসু তোকখিরম্মী। মহাক্না হরাওনা নিংথৌনা পিরকপা সনা বোরাতু ময়ুমদা পুখিতুনা য়াম্না সুংঙাইনা পানখিরম্মী।



# হৌদোংগী লমচৎ

থাযনা মমাংহৈভদা হৌদোং অমনা স্নুংঙাই য়াইফবা য়ুম অমদা স্নুমিৎ খুদিংগী লোম্না চংহুনা ঙা-চাক, শঙ্গোমনা চিংবা হুরান্দুনা চাবন্মী। নোংমদি যুম্নুমা শাঙখিহুনা থৌদোং অহুবু ফারগা মতিক চাবা চৈৰাক পিগে খনখিরম্মী। শঙ্গোমগী মহাওহু কাউবা য়াদবদগী হৌদোং অহুনা শঙ্গোম থম্লিবা পাত্র অহুগী মনাক্তা তুমিন তুমিন চংলকপদা লুমহুনা লৈরিবা য়ুম্নু অহুনা নমহুনা ফাখে। য়ুম্নুনা চৈতুপ অমা পায়হুনা তপ তানা ফুরবগীতুংদা লাইথবোই পরেং লেংহুনা হৌদোংগী মঙকশমদা শিবিরগা থাদোকখিবন্মি। লাইখরোই পরেংনা লুমথরক্তুনা হৌদোংহু চৎপদা ৱারে। মঙাকনা তপ্পা তপ্পা অস্নুম লাকপদা লম্বীদা লম্বোইৰা অমগা উম্নরম্মী। লম্বোইবনা পায়রিবা লাঠি অহুনা অমুক ফুবিরক্তদ্রা বিবনা হৌদোং অহু মমিৎ মনা ইথক থকতুনা লম্বোইবা অহুদা শংত্রিক য়েংলগা লেপতুনা লৈরম্মী। হৌদোংগী মিয়েং অহু উবদা লম্বোইবনা

" নমিৎ য়েংভি তথক তথক
ঙকশম য়েংভি সনাগী লিকথোন
কদায়দা চৎকদৌবিবা মেকুবানী "

লম্বোইবনা মাবু তরাম তরাম মুংশিবা রাহৈনা লৈশি লৈথোম্দুনা হৎলকপত্তুদা হৌদোংনা ফুরকক্ত্রা কিরম্বত্থু ফখরে। লম্বোইবদা হৌদোংনা য়েংলগা অস্নুম্না অমুক হায়রম্মী।

" নখুৎতা লাঠি, নঙকতা তুলসিমালা
ননমদা পোয়োম, নাকন্দা ঝুলি
কদায়দা লেংবিগদৌরিবনো যোগীরাজা "

হৌদোংগী রাহৎত্তুদা লম্বোইবনা " ঐদি অপাম্বা থাদোক্লবা লাইনিংবা লম্বোইবনী। সংসারগী হুরান চিনথি মরক্তা লৈনিং-দবনা চৎলবনী ঐদি বৃন্দাবন্দা। রা অসি হায়রল্লগা লম্বোইবত্থু চৎখিরম্মী। হৌদোংনা লম্বোইবগী রাহৈশিংত্থু নীংশিংলুবদা মানা চৎলিবা লমচৎ অত্থুবু অরানবনী খঞ্জত্থুনা মশা মথন্তা ইকায়খি। ঙাইহাক মতুংদদি হৌদোংদি লেকথোক্লগা কোকই হায়বগুম মপোকতৈগী লোয়নরক্লবা লমচৎ অত্থুবু কাউবা ঙমদবদগী লাই-থরোই পরেংত্থু চোংক্ষন্দুনা থদৎলল্লগা অতোপ্পা য়ুম অমদা চৎখিত্থুনা মনম শুং শুং কব্রি কব্রি লৈবগে হায়না থিবা হৌখিরম্মী।



# হন্নুবা হন্নুবী অমসুং য়োংনাও

থায়না মমাংঙৈদা মচা মশু লৈজদবা হন্নুবা হন্নুবী মতৈ মনাও অমা লৈরম্মী। মখোয় থবক শু নোম্বা য়াম্না কল্লি। চহি খুদিংগী পান য়োল্লগা লুপা মরাং কায়না ফংলম্বহু মমাংগী চহিদা পানগী পোৎথোক য়াংপনা শেন ইফং ফংখিদে! হন্নুবা হন্নুবীনা কুনশিসি থরা ফজনা থাসি হায়নরে। মতৈ মনাওনা য়োং অমমম পায়রহুনা লৈবাক ফজনা তৌহুনা লৈকুপ তাহল্লে। হন্নুবীনা ফজত্রবা পান চারা থুমোক অমা পুথোরক্লুনা ঈশৈ ঙংল ঙংল থাগদবগী হোৎনরি। তাঞ্জা অহুদা য়োংনাও মচা থরা লাক্লুনা "ইপু ইবেন নখোয়না পান থাগদৌরিবদো লাল্লে।" হন্নুবনা "ইশুশা মতৌ করম্না থাগদৌরিবনো?" য়োংনাও মরক্তগী থরা অশিংবা অমনা "ইপু পানশিংদো ফজনা থাংজাও অমদা ফুৎতোকলে। অহুগা মকু ফজনা খোকলগা থাউ তৈরগা লাদা য়োম য়োমহুনা থাবিউ। অহু ওইরবদি হয়েং নোংঙানবদা লেপ লেপমুক য়াংলমগনি।" য়োংনাওশিংনা হায়বহু চুম্মি খন্দুনা হন্নুবীনা পানশিংদো ফুৎতোকলে। মখোয় অনি চংহুনা মকু খোকতুনা থাউ তৈরগা পানহু লাদা ময়োম ময়োম য়োমশিন্দুনা থাজিনখ্রে। অহিংদা য়োংনাওশিং লাক্লুনা পানশিংহু লোয়না চাথোকলগা লনপান অল্লাংবা মথৈ পুরক্লুনা থাজিল্লমলগা

চৎথিরম্মী। নোং ঙানবগা হন্নুবীনা ঙন্না হৌগৎতুনা য়েংলুবদা লেপমুক ব্রংবা পান্থীশিংহু উবদা হরাওডুনা হন্নুববু হৌদোকলম্মী "হন্নুবা ইশু য়োংনাওশিংনা হায়বদো চুপ্রে, হৌগৎতুনা য়েংলো পানশিংদো কয়াত চাওরম্লবনো?" হন্নুবনা য়েংলুবদা লেপমুক ব্রাংবা লমপানশিংহুবু পান পান্থীনি থন্দুনা ঙমথৈ লৈতনা হরাওরে। মহাক্না মকাফাউবা চাবা য়াগনি থল্লদুনা মকা থরা হেক্রুরগা হন্নুবীদা "মকা অমা ইরোল্লু, মকা অমা থোংঙ অদুগা মকা অমনা কংডৌ তৌ পিরৈ।" হন্নুবনা হায়বদুমক হন্নুবীনা তৌবিরে। চাক লোইরদুনা হন্নুবনা ইরু মাইথরুনবা থংহল্লকই। হন্নুবম্নু ঙসিদি য়েঙ্গাং হাওগদৌরি থন্দুনা তহা তহা ইরুজদুনা চাক চাগদবগী ফমথ্রে। চাকলুক তংথায় চল্লকপদা হন্নুবদু লেংমনখিদুনা "হন্নুবী লেংঙে লেংঙে হেম্তাক হেম্তাক লাওরকই।" হন্নুবীনা পিবা হেম্তাকতু মরৈদা তৈশিন্দুনা থাংলে। হন্নুবীনা "অদুক ফজবা পান মকা অদুবু লেংগদরনে?" ঐমুক চাদুনা য়েগে হায়দুনা হন্নুবীস্নু চাথ্রে। থরা চাগৎলবাতুংদা হন্নুবীস্নু লেংমনখিদুনা "হন্নুবা লেংঙে লেংঙে, হেম্তাক হেম্তাক" হায়রগা হৌগৎতুনা কোয়চেন চেনদুনা থাংলে। হন্নুবনা হন্নুবীগী মরৈদা হেম্তাক থরা তৈশিনবিবদগী থরদি শাফদুনা মখোয় অনি অমুক চাকথুমদা ফমথরম্মী। হন্নুবদু শাওমনখিদুনা "লব্রায় মচাগী য়োংনাওশিংদো ঙসিদি লাকখিস্নু থগনিদো হায়দুনা শিংদুনা লৈথ্রে। য়োংনাওশিংনা "হন্নুবা হন্নুবীদো ঙসিদি শোয়দনা শিরল্লনি, য়েংলুসি হায়নদুনা ঈশৈ শক্লদুনা লাক্লে "ইপু শিরে হো য়ারে, ইবেন শিরে হো য়ারে।"

হন্নুবনা "হন্নুবী য়োংনাওশিংসে লাক্লে অদুনা ঐ শিজন্নগে। নং তেংথাদুনা কপশিন্নৌ, মখোয়না শোয়দনা করি তৌব্রে হংলক্কনী অদুদা নংনা নপুসে থরা স্নুমাংদা থাংদোকপিরম্মু

হায়গদবনী। মখোয়না ঐবু থাংগদবগী চংলকপদা ঐনা থোং গ্রম হায়রকপদা নং থোং লোনশিনগদবনী।" হন্নুবনা তাকপা মতুং ইন্না হনুবী কপশিন্নরম্মী। হন্নুবীনা কপ্পা উবদা য়োংনাও অমনা "ইবেন করি তৌরে কপলিবদি?" হন্নুবীনা "ইশুশা নপুদি শিরে। থাংদোকপিনবা মী লৈতদ্রুনা ইবেন্না কপলিবর্নিনে।"

য়োংনাওশিংনা "ইবেন ঐখোয় লৈরিবনিদি. ঐখোয়না ইপুবু থাংদোক্কনী।" য়োংনাওশিংদো হন্নুবগী মনাক্তা চংশিল্লক্লে। তাপ্পা অতুদা হন্নুবনা "হনুবী থোং গ্রম" হায়রকপদা হন্নুবীনা থোং লোনশিনখ্রে। হনুবনা চৈতুপ অমা পাইরতুনা য়োংনাও শিংতুবু লোয়না ফুতুনা হাংতোকলে। অশিংবা য়োংনাও অম-থকতি মরাইবক ফবদগী ফকলাং অহোবদা লিংথোকতুনা চেনখিরম্মী। য়োংনাও অতু চংখিতুনা য়োং খুল্লাকপদা তমলুরে। য়োং খুল্লাকপনা য়োংজাও ময়াম পুতুনা হনুবা হন্নুবী হাংলুসি হায়তুনা হৌনতুনা লাক্লে। য়োংজাও তেঙ্গোল অমা লাকপা উবদা হনুবা হনুবীনা কিমনশিতুনা থরুং অচৌবা অমগী মনুংদা লোংলম্মী। য়োংজাও শিংনা মখোয়বু খিবা ফংদ্রবদা থরুং অচৌবসি থাংখ্রসি হায়তুনা মখোয় ময়াম চংতুনা থাংবা হৌখ্রে। শরক অতুদা হনুবী অতু ফুংশিং থায়নিংলম্মী। মহাক্না "হনুবা মোই খিভুং থোক্কেব?" হন্নুবনা "হৌনা থোক্কনু হৌনা থোক্কনু।" হন্নুবীনা মখোল পিক্কা পিং লাওনা খোকলম্মী।" হন্নুবনমুক "হনুবী মোই খিভুং থোক্কেবা?" হন্নুবীনা "হনুবা হৌনা থোক্কনু হৌনা থোক্কনু।"

হনুবনা বোং লাওনা মখোল হৌনা থোকপদগী থরুং কায়তুনা মচেৎ মচেৎ পায়থোকলম্মী। য়োংজাওশিংতু পায়থোরক্লিবা থরুং

মচেৎনা খাবদা মকোক কায়বদু য়াওয়ে। মখোয়না করি নোমা তৌরে চেল্লসি হায়রদুনা মফম অতুদগী চেনখিরম্মী। অকিবা ফংখিবদগী য়োংশিংদু অমুক হল্লা লাকখিদ্রে। অদুগী মতুংদগী হম্নুবা হম্নুবীনা পান অমুক নৌনা খাদুনা মত্ত য়োল্লকপা লুপানা য়াম্না মুংঙাইমা পানখিরম্মী।



# মমা পোক্তবী

থায়না মমাংঙৈদা হিদিঙ্গা ললোনবা অমা লৈরম্মী। মাগী মুপীনা চহি মঙাতা শুরিবী মচান্নুপী অমা থমলম্লগা লৈথিদবদগী হিদিঙ্গা ললোনবা অতোপ্পী অমা পুরকখি। মতমনা নোংমা নোংমা হৌগ্রবদা মুপীমচাহু লৈশাবী ফারক্লে। মমা পোক্তবীনা মপুরোয়বগী মমাংদা মচাবু লুনা তৌশিন্নৈ অহুগা মপানা চথোক-খিবা মুমিৎতনা পোখাদবা মথৈ থবক শুহল্লম্মী। থবক ফনা শুদুনম্মু লৈশাবী অহুবু মতম পুন্নামকতা পোক্তবীনা তাথি তাওইনা তৌবি।

নোংমদি হিদিঙ্গা ললোনবহু লমদম থাপ্পা মতম থরনিগী দমক ললোনবা চৎপগী মথৌ তারম্মী। মহাক্না চৎলমদাইদা মচান্নুপীগা মুংশিননা লৈমিন্নরম্মু হায়না মাগী মুপীদা পাওমেল্লম্লগা চংখি। মপুরোয়বনা চংখবগা মমা পোক্তবীনা লৈশাবী অহুবু ৬৫ নৈবা হৌথিরম্মী। নোং ঙানবদগী মুমিৎ তাবা ফাউবা থবক লেপ্তুনা শুহল্লি। মরাইবক থিরবী মুপীমচাহু মপাবু নীংশিংহুনা কপচবা নম্তুনা উপাই লৈখিদে।

নোংমদি পোক্তবীনা লৈশাবীহুবু ফৌ শুসি কৌথোকলম্মী। লৈশাবী অহু ফৌ শুবদা থামনখিহুনা মুংশামপি হোল্লম্মী। মাগী মতৌ উবদা পোক্তবীনা "চাকতি পুথম অমা চায়

অদুগা থবক শুবদি ঙমদে” হায়দুনা থীনা চৈবিরে। পোক্ত-বীনা ঙসিদি হাংলগে খন্দুনা “ঐমুক শুগে, ফৌ খোমজিল্লু হায়রে।” লৈশাবী অদু মমা পোক্তবীবু কিবদগী হৈবোই হৈতবোই মথুৎনা যৌ খোমজিল্লম্মী। পোক্তবীনা ডেংগি থংথা থাদরক্লুনা মথৎতু শুগায়বিদুনা শাথিনা শোক্লে। মথুৎ শুগায়-বিরবদসু পেন্দ্রদুনা পোক্তবীনা মখোংনমুক ফৌ খোমজিল্লু হায়রম্মী। লৈশাবীনা মখোংনা ফৌ খোমজিল্লুবদা মখোং অদুসু শুগায়বিখ্রে। পোক্তবীনা নথুৎসু ঙমদ্রে, নখোংসু ঙমদ্রে, ফৌ শুদবদি য়াদে নকোক্ষনা খোমজিল্লকউ হায়রকই। মমা পোক্তবীগী মনিং থুংহ-ল্লমলগে খনদুনা নোন্থহনা যৌ খোমজিনখ্রে। মীনুংশি থংদবী মমা পোক্তবীনা মকোকন্তা ডেংগি থাদরকপদগী খোপ কায়হনা খুদক অদদা লৈশাবীদু শিরম্মী। ফত্রবী মমা পোক্তবীনা লৈকায় তানবা মচান্নপী ডেংগিনা মকোকতা তারকপদগী শিরে হায়দুনা বা বা কপশিন্নরম্মী। খুনগী মীয়ামনা লৈশাবী অদুবু পোলোয়খি। ভুমিং থরনি হৌত্রবা তুংদা লৈশাবী অদুগী মোংফমদা মোং-ফমদা মোরোক পান্থী অমা হৌরকতুনা মনা মশক উদবা মথৌ পানখ্রে। মোংফমদা হৌবা মোরোকনি খন্দুনা কনা-মত্তনা মোরোকতু হেকখিদে। নোংম অথাপ্পদগী লাকপা ভিক্ষারী অমনা মোরোকশিংদু ফজমনখিদুনা থরদং হেকখিগে খন্দুনা মথুং তিংথোরকপদা মোরক পান্থীনা লাওরকই, ঐবু হেকপিগম্মু ঐদি লাইবক থীবরী হুপী মচানি।” মোরোক পান্থীগী মাহৈদো তাবদা মমা পোক্তবীনা পান্থীদু কবথলগা লাপনা হুন্দোকখিরম্মী। থরনি লৈরগ। মোরেকে পান্থীদগী অমুক খোংতুম পান্থী ওইনা হৌরকতুনা খোংদুনা পিক থম্না পানখ্রে মমা পোকতবীনা খোংতুম পান্থী অদুসু য়াল্লগা তুরেলদা থাদথিরম্মী। থরনি মতুংদা খোংতুম পান্থীদগী থম্বাল পান্থী

ওইনা হৌরকতুনা থম্বাল ওইনা শাংখে। হিদিঙ্গা ললোনবম্ মাগী মথৌ লোয়হুনা মীরৈবাক্তগী মচাগী দম্মক পোংচৈ কয়া মরোম লৈরগা তুরেলহুদা হি তোংহুনা লাকলম্মী। মহাক্না অম্মুম লাকপদা থম্বাল পাম্বীগী মনাক্তা য়ৌরকলে। ফুগায়না শাংলিবা থম্বাল অহু উবদা "ইচম্নুপীনা পামথ্রিদা খঙ্গহুনা থবাল অমত্তং হেক্কদবগী মখুৎ তিংথোকলম্মী।" থম্বাল অহুনা খুদক অহুদা হায়রকই "ঐবু হেকপিগম্মু ঐদি লাইবক থিরবীনী। ইমাতোম্না ঐবু হাংপদগী ঐগী থবায়না থম্বাল ওইনা শাংলিবনী" থম্বালদগী থোরক্লিবা খোঞ্জেলহু তাবদা হিদিঙ্গা ললোন বনা মচাম্নুপীগী খোঞ্জেলনী খংহুনা "ইপাগী ইবেমা ইপা হল্লকলে, নং অমুক হন্না তাইবং মী ওইনা ঐগী ইমাংদা থোরকউগবা?" নুপী মচা অহু মপা লাকপা ঙাইরম্বনী। মপাগী খোঞ্জেল তাবগা থম্বালদগী অমুক তাইবং মী ওইনা থোরক্লম্মী। নুপী মচাহু মপাবু কেন্দুনা অঙাং মচাগুম ব্রা ব্রা কপতুনা লৈখে। মপানা মতৌ করম্না থম্বাল ওইনা শাংলমলিবনো হংলবদা মচাম্নুপীনা মমাতোননা মাবু হাংখিবগী ব্রারীশিংহু মথং শিংনা মপাদা তমথোকলম্মী। মচাগী থম্মোয় কায়ববা ব্রারী শিংহু তাবদা হিদিঙ্গা ললোনবনা মাগী নুপী অতোম্বীগী মথক্তা লৈ হৌনা শাওখ্রে। খিনবা তৌদনা মহাক্না মচাম্নুপীবু পুহনা ময়ুমদা হল্লকলে পুকচেল কত্রবী অতোম্বীনা মপুরোয়বা লাক্লে হায়হুনা হরাওনা চেন্থোরকপদা শিগ্রবা মচাম্নুপীনা মপাগা লোয়ননা চংলকপহু উবদা অঙকপা ফংলম্মী। হিদিঙ্গা ললোনবনা অতোম্বীবু ব্রাহং অমত্রা হংদনা চৈফম লৈনা ফুরবগী তুংদা মরু কোকতুনা শুম্মু য়াইঙং তৈথিরগা ময়ুমদগী তাম্থোকখি। অসিগী তুংদা হিদিঙ্গা ললোনবনা মচাম্নুপীবু মতিক চাবা নীপা অমদা অওং অউনগা লোয়ননা চাউনা লুহোংবীহুনা মপুগী থৌজাল-দগী নুপী মচাহ মপুরোয়বগা লোয়ননা মুংঙাইনা পানখি।

**❋**

# ফাল অপাহৈবী

থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা অঙন্বগী মচা অমগা মরুপ শান্নরম্মী। মখোয় অহুম অমনা অমন্নু থাদোকনদে, মতম পুম্নামকতা চামিন থবমিন্নহুনা মুংঙাইনা লেনমিন্নৈ। মোংঅদি মখোয় অহুম লম কোয়বা চংসি হায়দুনা য়ারেপ তান্নরে। মখোয় অহুমনা কনাগুম্সা অমত্তুদা থংহল্লমদনা লোম্না শগোল অম্নমম তোংলগা কোম্নুংদগী খোংশানখিরম্মী। লেপতুনা চংখিবনা মখোয় লৈবাক কয়া কয়া লানখ্রে। অস্তুম লাপ্পা চংখিবনা পোলোয়দা মখোয় অহুম্না অঙকপা লৈবাক অমদা থুংলম্মী। অদুক চাউবা মঙম অদুদা মী অমত্তা লৈবা ঙিরমদে। লৈরম্লিবা য়ুম কৈ শিংতুসু গত্তেক অকায় ঙাক্তা তৌরম্মী। মীদি লাইরবহুনা শা ঙা, উচেক য়ায়া ফাওবা মশক উরমদে। উরী য়ারী শিংনা কোয়শিল্লবা স্নুমাং থেলোং শিংতু উবদা লৈবাক অদুদা তাইবং মী অমত্তা লৈত্রে হায়বহু থংবা ঙমলম্মী। মরুপ অহুমনা মী লৈত্রবা চাউরবা লৈবাক অদু কোয়রকপদা উমং অমদা থুংলে। মখোয় চোকথরবহুনা চাউরবা উখোং অমগী মখোংদা ফমন্দুনা পোথারম্মী। নিংথৌ মচা ঈশিং খোরাংবনা চরম কংহুনা মরুপ মন্ত্রী মচাবু য়েংলগা হায়রকই "মরুপ ঈশিং খোরাংবনা থরায় থাগদৌরে, ঈশিং থজিক্কং থিদুনা পুরকউ।"



মন্ত্রিমচানা রাজকুমারগী খোঁইরাংবা কোক্লনবা ঈশিং থিবা চৎখ্রে। মচক্ক। ফনা লাপ্পা চৎলবা তুংদ', মখল কয়াম্পী লৈ পাম্বী কয়ানা অকোয়বদা লৈত্রেংলবা ফন্দরবা পুখ্রি অমা ফংনরম্মী।

মন্ত্রি মচানা মবুক্কিং হরাওনা পুখি, অদুগী মনাক্তা লাক্লে অদুবু ঈশিং পুন্নবা পাত্রদি অমত্তা য়াওদবনা য়েংথোকখিবদা য়ুম মচা অমা উরদুনা মফম অদুদা পাত্র লৌবা চৎখ্রে। মহাক্না সুমাংদা লেপ্লগা লাওরকই "য়ুমশিবু কনা কনা লৈবগে ? ঐঙোন্দা ঈশিং পুনবা পাত্র অমত্তং পীবিউ।" য়ুম অদুদগী মিৎফম হোংবা য়াত্রবা ফজরবী লৈশাবী অমা থোরকতুনা মঙোন্দা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই "ইবুঙো ঐখোয়দি য়ুমদা লাকপা অতিথিবু সেবা তৌই অদুনা ঙাইহাক সেবা ফংজহৌগে অদুগা ঈশিংগী পাত্র পুবিখিবা য়াগনী।" লৈশাবী অদুগী পুক্কিং ভুরবা মায়থেংনা মন্ত্রিমচা শুমহৎখি। মরুপ অমা ঈশিং থোরাংবনা মথোং থাংবা থোকহৌদে হায়বা ৱাহল কাওখিদুনা লৈশাবী অদুগা ফমমিন্নদুনা সুংশি ৱারী কয়া শাদুনা লৈথোকখ্রে। মথেল মকোই কয়া খোংদুনা মথোয় অনি হরাওনা চামিন্নরবগী তুংদা মত্রী মচাদু ভুংঙাইনা তুমখুন তান্দুনা লৈখিরম্মী।

মরুপমন্ত্রি মচা হল্লকত্রবদা রাজকুমারনা অঙম্বগী মচাদা মরূপ অদুগী খোঙ্গুল লিরুচো অদুগা ঈশিংসু পুরকউ থাখ্রে। মহাকসু লেপ্তুনা চৎখিবনা পুখি, অদুগী মনাক্তা থুংলম্মী। অঙম্বগী মচানা ঈশিং ফংলবদা মবুক্কিং হরাওজৈ অদুবু অৱাবদি ঈশিং অদু করম হায়না পুশিসে থন্দুনা য়েংথোকখিবদা মন্ত্রি মচানা লৈরিবা য়ুম অদুগা থংননা লৈবা য়ুমমচা অদুদা ঈশিংগী পাত্র অমত্তং লৌগে থন্দুনা চংশিনখ্রে। য়ুম অদুদসু ফজগ্রবী লৈশাবী অমা থোরকতুনা অহানবগী লৈশাবী অদুনা হায়বগুম অঙম্বগী মচাদা পোত্থাবিরগা পাত্র পুবিখো হায়রে। ফজরবী লৈশাবী অমনা সেবা তৌজগে হায়রকপদা অঙম্বগী মচাসু মরুপ নিংথৌ মচাগী ঈশিং থিবা লাকপনী হায়বদু কাওথোক-

থিন্নুনা চাক ঈশিং চারগা মুংঙাইনা তুমহুনা লৈখোকখি।
অমরোমদা মকুপ অমিমক খেংলবা ফাউবা হল্লকত্রবদা নিংথৌ মচাহু মথম্মোয় শোক্লা মুংঙাইখিদে মহাক্লা য়াম্না ল্লানা হৌগৎতুনা শেৱাল্লবা মাইগেদা ঈশিং থিবা চৎখিবদগী মকুপ অনিগা কায়নখি। নোংমা নোংমা হৌখিহুনা থাবুং অনি ফারক্লে। মোংমা লাইগী নোংদম অমদগী নিংথৌ মচানা ঙস্তুম লাকপদা মকুপ অমিনা লৈরিবা মকম অতুদা থংলম্মী। লমশাং লাকপদা চাক লাপ্পনা মমিংতা তন্দন পাইখি। মহাক্লা য়ুম মচা অনিগী মনাক্তা লৈরিবা ফুরা দলানগী য়ুম অহু উহুনা চংশিল্লম্মী। ফুরা দলানগী য়ুমহু য়েংবদা মী লৈতবগুম ইচিক চিকই। রাজকুমারনা করিমতা থন্দনা ইমুংদা পরপ পরপ চংশিল্লি। মথং মথং কা থুদিংগী চংলবা তুংদা ফজরবী লৈশাবী অমা সনাগী মোনচেপ মোন্দুমদা তুমহুনা লৈরম্লদো উরুবদা ঙঙকপা ফংলে। মহাক্লা লৈশাবীতুবু হৌদোক্তুনা চাক খজিক্তং পিজনবা হায়জরম্মী। লৈশাবী অহুনা রাজকুমারবু অহানবা উবনক্তদা হুংশিবা পোকখিহুনা হরাওনা মথেন মকোই থোংতুনা চামিল্লরে। ৱারী ৱারী ল্লাতাই কয়া শাল্লরবা তুংদা লৈশাবী অহুনা নিংথৌ মচানী হায়বহু হংলম্মী। মহাকস্তু মাগী পুন্সিগী ৱারীশিং রাজকুমারদা লিহুনা তাহল্লকখি। "লৈবাক্কী প্রজাশিং অমদি মপাবুং নিংথৌনা চিংবা হিংচাবী অনিনা লোইনা চাকথোকখিহুনা মহাক পুদি মুংশি হায়হুনা থম্লিবনী তমলে।" থম্মোয় কায়রবা ৱারী শিংহু তাবদা রাজ-কুমারনা হিংচাবীশিংগী মথক্তা লমন থুমনিংবগী ল্লাখলনা হিংচাবী অনিগী লৈফম হংলম্মী। রাজকুমারীনা "নাকন্দা লৈরিবা য়ুম মচা অনিসি মখোয়গীনি। মখোয় অয়ুক মুংথিলদা ফজরবী মুপীগী শক্তন লৌই। মরাইবক খিরবা নীপা অনিথক লাকপ-

দগী মখোয়না মপুরোয়বা ওইদুনা লৈরকপা থাবুং অনি ফারকলে।" হাকম অদু তাবদা রাজকুমারনা মাগী মরুপ অনি শোয়দনা ওইরমগনী খন্দুনা মবুক্লিংদা চিংনরম্মী।

অসুম্না রাজকুমারীগা লৈমিন্নরকপা থাবুং অমা হৌজিনখরে। মখোয় অনি অমনা অমবু পামনদুনা লোন লৈনরম্মী। রাজকুমারনা মরুপ অনিবু নোংমতং উন্নরবদি হায়দুনা তাঞ্জা চাবা মতম ঙাইখি। নোংম লাইগী নোংদমদগী রাজকুমারনা মরুপ অনিগা উন্নরে। মখোয় অহুম অমনা অমগী হারী লিনদুনা মুংঙাইবা ফোংদোক্লরম্মী। রাজকুমারনা তাঞ্জা চারে খন্দুনা "মরুপ নখোয়না লৌরিবা মুপীশিংদু হিংচাবীনি থাজত্রবদি ওসি মুমিদাং সিমতং মিৎশেম খাংদুনা য়েংঙু?" মরুপ নিংথৌ মচাগী হাদু মরুপ অনিনা থাজদুনা ময়ুমদা হন্নখি। মখোয় অনিনা মুমিদাং ওইশিল্লকলবদা হাখলনা তুম্বা য়াওখিদে। মরুপ নিংথৌ মচানা হায়রকপা অদু হাদু অশেংবা খংনিংবদগী অহিং অদু তুমদদুনা মিৎশেম খাংদুনা লৈনখি। অহিং নোংয়াই য়ৌরক্লবদা মুপী অনিনা হিংচাবীগী শক্তম লৌরদুনা মশম মনা হফা ফা, ময়ানা ইচৌ চৌ কোয়চৎ চৎপা হৌরকলম্মী। মরুপ অনিমক কিবনা মশাদু চেং থৈবক্তম নিকখ্রে। মখোয়না য়াম্না নোং হানা ঙানবা ঙাইখি। মরুপ অনিদু নোংঙানবগা হিংচাবী মুপী অনিনা চখোকখ্রিঙৈদা মরুপ নিংথৌমচাগী মনাক্তা চেল্লকলে। মখোয়না হিংচাবীশিং হল্লকখ্রিঙৈদা য়াংনা মক্তম অসি থাদোকতুনা চেলহৌরসি হায়রম্মী। রাজকুমারনা নিংথৌ মচামুপীবু মহাক্তা লুহোংলে মহাকপুসু পুগনী হায়বদা মরুপ অনিসু য়ারে। নিংথৌ মচা-মুপীনা মাগী শগোল অপাইবীবু কৌরে। শগোল অপাইবীগী মথক্তা মখোয় মরি তোংখৎতুনা পাইখিরম্মী। হিংচাবী অমনা মমিৎ চোংঙি হায়দুনা য়াংনা হঙ্গিল্লকপদা নীপা অনি লৈরম-

ত্রবদা মুংশিংকী মাং থানা তাম্নরক্লে। মখোয় অনিনা নিংথৌ মচান্নুপীগা লোয়ননা নীপা অহুমনা শগোল অপাইবীদা তোংলগা পাইখি বহু উবদা তাম্নবা ফংলরোই খনদুনা অসুম্না লাওরকই "ও হিংচাবী ঐখোয় অহুম চংদুনা চাবগী মহুত্তা নশা নথন্তা চাগে থনবরা?" হিংচাবী অনিনা লাওরক্লিবা রাক্মহু তাবদা মন্ত্রি মচানা রাজকুমারীবু হিংচাবী ওইরবোই নিংদুনা নাকন্দা য়াল্লিবা থাংশাং অহু শংলগা রাজকুমারীগী মঙক্কা লোয়ননা শগোল অপাইবীগীসু মঙক ককতুনা মখোয় পুম্নামক লৈমায় থক্তা তাখ্রে। রাজকুমার শাওখিবনা মমিংতা ঈ কাদুনা মরুপ অনিবু মঙক করুগে হায়দুনা থাংশাং শংলকপদা মরুপ অনি কিমনখিদুনা মফম মরাং থংদনা মথরায় হিংনবা চেনখিরম্মী। তৌফম খংদ্রবা রাজকুমারনা মঙক তোঙাম্না তারবা নিংথৌ মচান্নুপীবু য়েংলগা তেংথা নাওইদুনা কপলম্মী। মহাক্না কপ্পগী খোঞ্জেল তাবদা হেলোই মচিন মনাও তরেংনা মফম অদুদা লাক্লে। মখোয়না "হে নীপা নহাক করিগী কপলিবনো?" রাজকুমারনা "ঐগী নুপী অমদি শগোল অপাইবী অনিমক শিরে অদুনা কপলিবনী।"
মীনুংশি থংবী হেলোই অতোম্বনী "অনিগী মরক্তা ঐনা অমা হিংহনবা ঙমগনী। নহাক কনাবু হিংবা পাম্বগে?" রাজকুমারনা "চানবীদুনা ঐগী নুপীবু হিংহনবিউ।" হেলোই অতোম্বীনা রাজকুমারীবু হিংহল্লে। রাজকুমার মাগী নুপীবু অমুক হন্না ফংলবদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মখোয় অনিনা মঙক নোন্দুনা হেলোইশিংবু থুরুমজরম্মী।
হেলোইশিংনা লাপ্লবা মরিবাক লমদম য়ৌন্নবা রাজকুমারদা ফান অপাইবী অমা পিরমগা মফম অদুদগী মাংখ্রে। মী পোং তাদ্রবা লমদম অদুদগী ফান অপাইবীগী মতেংনা মখোয় অনি

ম'ররাক য়েৌখিরম্মী। নিংথৌনা মচা মথৌবু বাক্তাই য়েক্নুন থোংলক্তুনা তারাম্না ওকপিখী। মন্ত্রিমচা অমদি অঙম্বগী মচান মরুপ নিংথৌ মচা হন্নকপগী পাও তাবদা মরাম ঙাকপিনব রাজকুমারগী মখোংদা তুমরে রাজকুমারনা মরুপ অনিগী ঙাকপিফম থোকত্রবা মরালব্ হরাও হরাওনা ঙাকপিত্তুনা মখোয় অহুম হান্নগী মতৌগুম লুনা চাম্না তিন্নত্তুনা হুংঙাইনা পানমিন্নখি।

**❀**

# পে নারেকপী

থায়না মমাংঙৈদা মীহুংশি চাউবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্না মীশী অৱাবা য়েংবা ঙমলমদে। নোংমা মহাক্না থুঙ্গংশী পুন্সি মৱেল করম তৌরিবগে থংনিংহুনা মনাই শিংনা পে নারেকপী থন্দুনা থোগন তৌরগা ফজনা লৈতেংলবা শগোল অমগী মথক্তা তোংলগা চংলম্মী।

মতম অহু কাংলেন থা ওইবনা হুংশাগী মৈশা খাংবদা ৱারম্মী। য়াক্নবা হুংশাগী মৈশাহুদা লাইরবা নীপা অমনা হুমাং শিন্থহুনা ৱানা চংলম্বহু নিংথৌনা উৱে। মহাক্না লাইরবা নীপাহুবু হুংশিৱীহুনা পে নারেকপীহু পীথোক্লগা চংখিরম্মী। লাইরবা নীপা অহুনা পে নারেকপীহু পায়রগা মবুক্লিংদা থঞ্জরম্মী। ঐনা নিরুপ্রবমু পে অসি পীথোকলিবস্রিনদি নিংথৌনা হল্লকপদা মাগী সনা না লৈতেংলবা শগোল অহু নীরুৱবদি শোয়দনা পীৱমগনী। ৱাখল অসি থন্দুনা লাইরবা নীপাহু চাদ থক্তমথৈ উথোং অমদা কমলগা নিংথৌ হল্লকপা ঙাইখি।



নিংথৌনা থুঙ্গং খুঁনা কোষকনবগী তুংদা কোন্থুং মাইগৈ তমনা হল্লকলম্মী। লাইরবা নীপাদুনা নিংথৌনা হেক মাপী মনাক য়োবকপদা উখোংদগী চেস্লোবক্লুনা "ইনিংথৌ শগোল অচুভগা ননাই ঐঙোন্দা পীবিরম্মু।"

নীপা অচুগী উশিংতবা মতৌ তচু উবদা নিংথৌনা শাওমনখিদুনা "নীপা নং হেক্সিন্না ফ নিংমল্লি" হাইদুনা অসি হাযদুনা মনাইশিংদা নীপা অচুগী মখুত্তা পায়রিবা পে নারেকপী তচু মুল্লগা নিংথৌদা অমুক থোগান তৌদুনা চৎখিবম্মী। লাইরবা নীপাদু মথৱায় হুংভাইজবা লোযননা ইকায় খু শি য়াম্নখি। মহাক্না খল্লি "পে নাবেকপীহ ফংলপ্লবদি মচু যোন্দুনা লুপা খরদং ওইগ্রবস্তু ফংলমগদবনী। হেক্সিন্না ফংনিংমল্লবদি লেকতুনা তোকই হায়বহু ম ঙোন্দা থোক্লে থন্দুনা যাম্না নিঙমদনা ভল্লি তল্লি ময়ুম মাইগৈ পাংখিরম্মী।



## থোৌনা ফবা চাউতোন

থায়না মমাংঙৈদা মমিৎ তাংবা অহল অমা লৈরম্মি। মহাক্কী লন, থুম, লুপা পৈশাগী অৱাৎপা লৈরমদে। অৱাৎপা হায়ববু মপুন্সিদা মহাক মুপী থিদবনা মচা মশু কনামতা মাগীনি হায়না লৈজরমদে। মমিৎ তাংবনা মরম ওইদুনা লুপা পৈশা অতুক য়াম্বদু শিজিন্নকম থংদবনা মহাক্না শিংথ্রবা নীপামচা অমবু মচা শম্না য়েংকলম্মী। মীপামচা অদুগীসু অহল অদু নঙনা তাইবংপান্দা মাগী কনা লৈদ্রদে। নোংমদি নীপামচা অদুনা মপা শক্লবা অহল অদুদা করম্না মিৎ তাঙথ্রিবনো হংলম্মী। অহল অদুনা "ইবুঙো ৱারীদু তারগা শোয়দনা অকিবা ফংগনি।"

নীপা মচা চাউতোননা থংনিংবদু উবদা অহল অদুনা ৱারী মথং শিংনা লিথরকখি।

খুন অসিদগী পংলাপ লাপ্তুনা জঙ্গল অমা লৈবনি। জঙ্গল অদুদা ঐনা পাথং শুইহরিঙৈদা নোংমা উ য়ানবা চৎলম্মী। হেলোই অহুমনা ফজথ্রবী লৈশাবীগী শক্তম দোৌরগা ঐবু শুমহৎতুনা পুরগা ঐগী ইনিং অনিমক মখোয়না লৌখোক- হৌরনী। ঐতা নত্তনা জঙ্গল অদুদা চৎলুবা মীয়ই খুদিংমক হেলোই অহুমনা মমিৎ লৌহৌদগা থাদোরকই। হৌজিকতী

জঙ্গল অত্থুদা মখোয়বু কিবদগী কনামত্তা চৎনম্রে। অহল অত্থুগী মাংগী তাবদা চাউতোন জঙ্গল অত্থুদা অমুক্তং চৎলগা অহল অত্থুগী মিং পুরক্কে হায়বসি মবুক্তিংদা চপ য়ুংনা থংম্রে।
নোংমদি চাউতোন অহল অত্থুবু নোংঙানবগা খোং থাক্কুনা পিজ্জবয়গা "পাবুং ঙসিদি ঐ থরা থেংলকনি" হায়রম্লগা চৎখিরম্মী। মহাক্না লেপত্তনা চৎখিবনা জঙ্গল মন্থুংথু তম্না পরপ পরপ চংশিল্লি। কনামক্তা উত্রবদা চাউতোননা খল্লি "হেলোই শিংথু ঐবু কিত্থুনা খোরকত্রমানে।" নুংশা শামনবনা মহাক ঈশিংস্থু যাম্না খোয়াংলম্মী খাপ্লপ উরিবা পুখ্রি অত্থুদা ঈশিং থক্তিক্তং থক্কে থনত্থুনা লাক্রে। মহাক্না ঈশিং থক্তদবগী নোম্থরকপদা ঈশিং মন্থুংদগী লাই অমা ফাওগৎলম্মী। লাই অত্থুনা চাউতোনদা "নীপামচা নং খিনথবা তৌদনা য়ুমদা হনখো মত্রবদি জঙ্গল অসিগী হেলোই অত্থুমনা নংগী নমিং লৌগনী।" চাউতোননা মথুৎ লোম্নত্থুনা খুরুমলগা "মপু ইবুঙো ঐবু য়োকপিরিবা ইপাগী মিৎ লৌজবা লাকপনি অত্থুনা ঐগী পুন্সি মাংগ্রবস্থু পাবুংগী মিং পুদনদি মফম অসিদগী হল্লরোই।"
ঈশিংগী লাইনা "নিংথৌ মচা কয়া কয়া ঐনা খিংবদা য়াখিদবদগী মমিং তাংত্থুনা হনখিবা ডাক্তনি অত্থুনা ঐনা হায়বা ইল্লু নীপামচা।"
চাউতোননা "মপু ইবুঙো, ননাইবু খোঙ্জালবিষ্ট। ঐনা নিংলিবসি থুংদ্রনদি ঐহাক য়ুমদা হল্লরোই।"
ঈশিংগী লাইনা নীপামচা অত্থুগী মীথুংশি চাউবা থস্মোয়বু উবদা খাগংখি। মহাক্না তম্ফা খুদোপ ময়াই ৎইবা তমা ৎইগী খুনিংঙৌদা শিজিল্লু হায়না পীবিরে। চাউতোননা হুবাওনা খুদোপ অত্থু শিরবা তুংদা হেলোই অত্থুমবু করম্না মাইথিবা পিগনী হায়না হৃংজরম্মী।

ঈশিংগী লাইনা মুংশিবিদুনা তাকপিরকই "অহানবদা মখোয় অময়মন্তা নংগী নাকতা ফজরবী মুপীগী শক্তম লৌদুনা লাক্কনী। মখোয়গী খোইথুম্নবা মাহু নং কৈদৌনুংদা থাজরুম্ম। করিগুম্বা নংনা লৌশিং তৌদুনা নংগী ওইগী থুনিংথৌদা শিরিবা তম্ফা থুদোপনা মখোয়গী মশাদা নানবা ঙম্নবা নংনা হায়রি-বমথৈ মখোয় য়াগদৌরিবনী। মখোয় নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদনা পংথদুনা ঙাখিবদগী অতুম মথরায় মাংগনি। ঈশিংগী লাইনা মরম পুম্নমক চাউতোনদা ঙাকলম্নগা ঈশিং মনুংদা অমুক লুপথত্রে। হেলোয়শিংগী অরোনবা ম্নারম পুম্বা থংলবদা চাউতোন হরাওনা জঙ্গল মনুং তম্না ঈশৈ শক্ল শক্লদুনা পংচৎতা চংলি। হেলোয় অহুম্না ঈশৈ অদু তাদুনা হরাওরম্মী মতম কুইনদগী কনাগুম্বা অমতং লাক্লবদি হায়না ঙাইরম্বদু ঙসিদি শোয়দনা তাইবং মী অমা লাক্লে খংদুনা হেলোই মকোকনা তহানবা হেলোই অমবু থাম্রে। হেলোই অদু চংখিদুনা ফজরবী মুপীগী শক্তম লৌরগা চাউতোনদা কৌরকই "নীপামচা মকম অসিদা নং করি তৌবা লাকপনো?" চাউতোননা মুপী অদু হেলোইনা ওনবনি খংদুনা "ঐগী হামেং মচাদু মাংখিদুনা মফম অসিদা থিবা লাকচবনি।" মুপী অদুনা চাউতোনবু পংথহনগদবগী অপুম অহাও খম্না পুথম অমদা হাপ্লদুনা পিরগা "নীপামচা নং লামলম্নগনি ঐনা পিরিবা অচাপোৎশিংসি চাশিল্লু।"

চাউতোননা লৌশিং তৌদুনা পুথম লৌশিল্লবা শাদুনা মথুৎ তিংথোক্লগা তম্ফাথুদোপনা মুপী অদুগী মশাদা নাল্লমমী। থুদক্তা মুপী অদু হেলোইগী শক্তম ওইরক্লনা তাদুনা লৈহৌরে। অহাম্বা হেলোই হলকএবদা হেলোই মকোকনা অনিশুবা হেলোয়বু অমুক থাবখী। অনিশুবা হেলোয়না অমুকফজগ্রবী মুপী অমগী

শক্তম লৌরগা চাউতোনগী মনাক্তা লাক্লে। মহাকনা মুংশিনা "নীপামচা লৈ অসি মনম নম্মু অহু ওইরবদি নংনা নিংজবা পুন্নমক থুংগনি।"

চাউতোননা মুপীহুগী মথুত্তগী লৈ লৌশিন্নবা শাহুনা মথুৎ তিংথোকলম্মী। মহাকনা ওইগী খুনিংথৌদা শিরিবা তক্ষা খু-দোপনা মুপীহুগী মথুত্তা নানবদগী মুপী অমু হেলোয়গী শক্তম অমুক লাকহুনা ফুং ফুং চোংহুনা লৈথিরম্মী।

চাউতোননা "তস ! হৌজিকত্তি অমত্তা ভাইরেদো" মপুকনিংদা খল্লগা মফম অহুদগী অমুক চংখ্রে।

হেলোই মকোকনা মাগী মপাং ভনিমক হল্লকত্রবদা থিবা থোরকলে। মাগী মাই'গ পাংনা লাক্লিবা চাউতোনবু উবদা হেলোই মকোক্লা লৈশাবী অমগী শক্তম লৌখে। মহাক্লা চাউতোনবু মুংশিনা কৌরকই "ইবুঙো নহাক য়াম্না রানা লাকপা মাল্লি। উথোং-সিদা ভাইহাক্তং পোথাখো ?" চাউতোননা হেলোই মকোবনী হায়বহু খংহুনা "ফনি ভাইহাক পোথাখিগে হায়রগা উথোং অহুদা ফমথখরে।" লৈশাবী অহুনা চাউতোনবু পাংথহনগদবগী শমজেৎ অমা পিরগা "নশমদো য়াম্না ফারে শমজেৎনা হাতোকউ।" চাউতোন "ঐদি তল্লে নহাক্লা অহুম শমসি হাংপিরো।" লৈশাবী অহু হরাওনা শমজেৎতু পায়রগা চাউ-তোনগী মকোক তম্না মথুৎ তিংথোরকপদা চাউতোননা তক্ষা-খুদোপ অহুনা নানবদগী লৈশাবী অহু হেলোই ওনথিহুনা লৈমায়থক্তা ফ্রং ফ্রং চোংলগা লাওরকই "নীপামচা অমুক হন্না তক্ষা-খুদোপ অহু ঐগী ইশাদা থেংলগা হান্নগী যিতমদা অমুক হঞ্জিনহল্লু।"

চাউতোননা "ঐগী ইপা শক্রবা অহল অহুগী মিৎ পিরবদি নখোয়বু হান্নগুম তেকত কায়দুনা থমলমগনী।" হেলোই

মকোকনা অহল অতুগী মিং তানি থম্রিবা মক্ষমতু তাক্লবদা চাউতোননা মিং অনিমক পুথোরক্লে। মিং কংলবদা চাউতোননা হেলোই অহৌদা। " কত্তুবা নখোয়দি নথরায় মাংজহৌরো" হায়রম্নগা মিং অনিতু পুরতুনা হরাওনা ময়ুম তাম্না চেল্লকখি।

মচা হল্লকত্রে হায়না অহল অতু উখোকতেনদা ভারতুনা চিন্তা তৌহনা কমলম্মী। চাউতোননা ময়ুম য়ৌরকপগা "পাবুংগী মিং নচানা পুজরক্লে।" অহল অতুবু ইম্মুংদা পুশিন্দুনা মমিং অনিতু চাউতোননা হাপচিনবিরে। অহল অতু অমুক হন্না তাই-বংপানবা পুম্নামক উববদা হরাওবগী ভমথৈ লৈখিদে।
লৈবাক অতুদা হেলোইশিংনা মমিং লৌহৌবা পুম্নামক চাউতোননা জঙ্গল অতুদগী মিং শিংতু লৌরুতুনা অমুক হন্না মিং উহনবিখি। হেলোই অহুমন' লৈত্রবদা জঙ্গল অতুদা চংবগী কিনিংভাই লৈখিদে। অহল অতুনা চাউতোনদা লম থুম পুম্বগী মপু ওইহ-ন্দুনা মুপী নহা থিবিরগা নিংথৌগম্না পানখিল্লখি।



# অঙাংদগী মাইরেন ওনবা

থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা মচা পোকচদবা মতৈ মনাও অমা লৈরম্মী। মথোয় অনিনা অঙাং অমত্তুং ফংজগে হায়দুনা লাইথোং খুদিংগী খুরুমজে। মপুগী থৌজাল-দগী মুপী অদু থা কুমলেপথ্রে। থাবুং তরা নাওপুরবগী তুংদা মচানীপা অমা ফংজরে। মতৈ মনাওদু হরাওবনা হায়নিংঙাই লৈখিদে।

অঙাং অদু পোকপগী মমিং তরুকনিগী মতুংদা নোংঙানবদগী কপ্পনা অহিং নোংশোয়বা লেপ্পা লৈখিদে। মমা মপা তুমহনবতা নওনা থংনবা য়ুমলোন্নবাশিং তুম্বা য়াখিদে। মমিং খুদিংগী অঙাংদুনা লেপ্তুনা কপ্পগী খোঞ্জেলনা লৈরকগী লৈকায়, লৈকায়দগী খুন খুনদগী অমুক নিংথৌ কোংুং য়ৌখিরম্মী। ময়াম পুম্নমক কপ্পগী খোঞ্জেল অদুনা তুমকম চাকম খংহনখিদে। কনাগী অঙাংনো? কনাগী অঙাংনো? অসিনা য়াহং ওইখি। অঙাংনা কপ্পগী য়াক্লবা খোঞ্জেলদু নিংথৌগী নাকোং শিংয়া য়ৈখি। অহিং নুংথিল পোথাবা য়াম্রবদা নিংথৌ শাওমনখিদুনা মনাইশিংদা অঙাং অদুবু কোমুংদা পুখংলকউ য়াথং পিখি। নিংথৌ মনাইনা কপ্প খোঞ্জেল অদুগী খোঙ্গুল লিদুনা য়ুম অদুদা থুংখি। মথোয়না "নিথৌগী য়াথংনি অঙাং অদু কোমুংদা পুখ্রগনি

হায়রম্মী।" করম্বনু কৈঅরবন্নু মচা কৌবনা 'মতৈ মনাওনা অঙাংহু পীনিংলমদে। 'নিংথৌ মনাইশিংনা অঙাং অদু মমাগী মখাদগী মুন্নগা কোম্নংদা পুথিরম্মী। নিংথৌনা কম্না তোকত্রবা অঙাং অদু মঙংগী খুমিংতা হিংনা হিংনা লৈরোন চনথো হায়না মীহাৎপগী মক্কমদা শিন্নখ্রে। তাংনা কংজবা মচাবু পুথ্রবদা ঙম্না মশা ওইবহু 'কম্ননা' মপূম থিংথি, অহিং নোংশোয়বা তুম্না য়াখিদে। নোংয়াই মতুংদা লুপী অদুনা থজিক্কুং উইথক্লবদা মমংদা কনাগুম্বী অমা খোরকতুনা অম্নুম্না তাকপিরম্মী "নংগী নচাহু হয়েংদি লৈরোন চনথ্রগনী অদুনা নখোয় অনি চৎতুনা অঙাং অদুনা লৈরোন চনথ্রবা তুংদা মোংফম অদুদা লৈতুম অমমম লংথরক্লগা নয়ুম য়ৌদ্রিবা ফাউবা তুংদা হন্না য়েংলমদনা হল্লক্লগা ইমুংদা চংতুনা য়েংঙু, নখোয়গী নচাহু ফমুংদা লৈরমগনী অদুগা কম্নংবহুস্থু ফংহিগনী।" লুপী অদু মিকপ থোকলকপগা মপুরোয়বদা মংগী বারীতু তমলম্মী। নোংঙানবগা মখোয় অনি কোক্লংদা লাক্লুনা নিংথৌদা খুউ লৈতাহুনা থুরুমলগা "ইনিংথৌ ননাই ঐখোয় ইচাবু অরোইবা ওইনা অমুক্কুং য়েংজহৌগে লাকচবনী।" নিংথৌনা মুংশিবীহুনা অঙাং অদুগী লৈরোন চনগদবা মফমদুদা মনাই অমবু কৌরগা মতৈ মনাওবু থিলহনখি মখোয়না য়েংবগা নিহাৎপনা কম্না তোকত্রবা অঙাং অদুবু কোম অদুদা লংথখ্রে। মতৈ মনাওনা পীরাং শিন্থহুনা মচাবু য়েংজরম্মী। মীহাৎপনা কোম অদু ফুনজিনবা লোইবগা মতৈ মনাওনা মচাগী মোংফম মথক্তা লৈতুম অমমম থাদরম্নগা তুংদা মায় ওন্নমদনা ময়ুমদা হল্লকলে। মখোয় অনিগী মতুংদা কনাগুম্বা অমনা উশা চিংবগী মখোলগুম শরো শরো লাওবা নখোল অমা ইম্নরকলম্মী। মখোয় অনি য়াংনা ময়ুমগী থোঙ্গান য়ৌরক্লে। লুপী অদুন। মমংদা তাকলম্বহু কাওখিহুনা ইমুং চংত্রিঙৈদা

থংয়েং য়েংথোকলম্মী। খুদক অহুমক্তদা শোক্নো শোয়ো লাওবা খোঞ্জেল অহুগা লোয়ননা মখোয়গী মুম ভক্তুদা মরীচৎপা পাম্বী মথল অমনা কোয়শিন্দুনা পংয়েংত্তা য়েংশিনখ্রে। মরীচৎপা পাম্বী অদুদা মকা খুদিংগী মাইরেননা ফুক্রিং ক্লুনা পানখিরম্মী। মতৈ মনাওনা থোদোক অহু উবদা নিঙমদবগা লোয়ননা পীরাং শিন্থখি। পাল্লিবা মাইরেনশিংত্তু মচাগী থম্বায়না ওনখিবনী থনজুনা মপুন্সিচুম্না মখোয় অনিনা চাখিদে। মখোয়না মচাবু ত্তাইবংমী ওয়না ফংবগী মহুত্ত মাইরেদ ওলহনখিবগী নিঙমদবা মৈচাক্না পীরাং কংদনা শাংলবং পুন্সিত্তু হেনখিরম্মী।



## অপংবা মনাও

থাযনা মমাংঙৈদা কুম লাযন'না নারবী লুপ্ত্র'বী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচানীপা অনিগী মরক্তা আম্ভা'মতু পংবদা অমুক মপা লৈতে। মমাম্বনা কৈথেল কারমদাইদা শোল্লবী মমাবু মনাও নীপাদা য়েংলম্মু হায়তুনা অম্ভুম্না পাশুমেল্লম্মী, "ইবুঙো ইমাসি ঈশিং অশাবনা ইক-মাইথবিরম্মু, অতুগা চুহী লৈরিবতু পিথকলম্মু।" মবম পুম্নমক তাকলল্লগা মযাম্বা কৈথেল চংখিরম্মী। মযাম্বনা হাযরম্বা মতুং ইন্না অপংনা শোল্লবী মমাবু ইকবিগে হায়তুনা পোতুনা পুথোরক্লগা স্তুমাংদা ফান মচা অমদা ফমহল্লে। মহাক্না ব্রোং ব্রোং শোবা ঈশিংনা মমাগী মথক্তা হৈথরম্মী। অনাবী মমাদো হাপ্পদগী শ্বোর ফাউবা নীংথিনা হোঞ্জবা ঙমদবগা ঈশিং অশাবগী মৈচাক্তা থুদক অতুদা শিতুনা মযা ইকা কাথোকলম্মী। মমানা শিতুনা মযা কারিদদো চুহীং থক্কে হায়বিমানে থন্দুনা অপঙনা চুহীং পুথোবকতুনা মমাগী মথযাংতা হৈজিল্লী। শিববনীনা চুহীতুনা ওথরক্লিরনী থন্দুনা অশিবা মমাবু চু পেল্লা চাজসম্মু থন্দুনা চুথোংদা থাং অমগা লোয়ননা থমবিরম্নে। স্তুমিৎ তাশিল্লক্লবদা নয়'ম্বা হল্লকলে। মহাক্না মমাবু উদ্রবদা অপঙদা "ইমাদি কদায়দা চংথে," হংলম্মী।

অপঙনা ময়াম্বদা "চুহীং থকতবক্তুদা চু চানিংঙমগনী হায়তুনা ঐনা চুখোংদা ইমাবু থাংলগা থম্বীরিবনী।" ময়াম্বনা "শোয়-রেদনা ঙসিদি, চুরক্তা চংতুনা য়েংলুবদা মমাদি তাতুনা লৈরক্লে।" মহাক্না মমাবু থাংতুন। পুরক্লগা শুমাংদা তিপহল্লগা রা রা কপলম্মী। ময়াম্বগী মতৌতুদা মনাও অপঙনা মমাসে শিবে হায়বা খংবদগী মহাকসু মমাগী মনাক্তা চংলগা অপ্তাং মচাগুম মমাবু কৌতুনা কপখ্রে। ময়াম্বনা মনাও অপঙদা নংনা করম তাইবংপান পানগদৌরিবনো হায়তুনা চৈরম্মী। মহাক্না য়াংনা খুন পাউজেল্লুতুনা মমাবু পোলোয়খি।

মমাগী শ্রাদ্ধ কর্মনা চিংবা লোয়খ্রবা তুংদা নোংমা ময়াম্বনা মনাও অপঙবু পুরগা কৈথেলদা পোৎচৈ লৈবা চৎমিল্লরম্মী। লৈগদবা পুম্নামক লৈবা লোয়রগা ময়াম্বনা হাপ্লা চনদবা চিনি ময়োম অমগা থুম ময়োম অমগা মনাওদা পায়হল্লে। মনাওনা "য়াম্নুং ঐ চৎলম্লগে হায়রম্লগা চৎখি।" লম্বীদা অপঙ মখোং হামনিংমনখিতুনা কোয়েং য়েংবদা ঈশিং চেনবা থান অমা ফংনতুনা থুম ময়োমগা চিনি ময়োমগমু ঈশিং দা লোৎলমলগা উ পাম্বী অমগী মরুমদা কমথখ্রে। মশা শেংদোকপা লোইরগা অপঙ থুম, চিনি ময়োম থিরুবদা তুমখিতুনা অমত্তা লৈরমদরে। ময়াম্বনা ঙাংবাতারে খনবদা অপঙ মথরায় রানা ময়ুম য়ৌখি। ময়াম্বনা লাক্লগা থুম চিনী থিরক্লবদা অপঙনা মানা তৌরুবাশিং অদু তাকখোক্লে। চৈরুবগীসু কান্নররোই থন্দুন। ময়াম্বনা থেম্লগা ভাব তানবা তাকপিরম্মী।

নোংমা হুরানবা কাংবু অমনা অপঙবা মী অমা থিরকপদা অপঙগা ঊনতুনা নিংথৌ কোম্লুংদা হুরানবা চৎলুসি হায়তুনা পুথিরম্মী। অপঙনা হুরানবা থবক হায়বদো ক্লত্তে খংদবনা হুরাওনা

মখোয়গী তুং ইন্দুনা চৎলি। অহিংগী মতম লাকতুনা হুরানবশিংনা নিংথৌগী সনালুপা থম্মিবা যুমজাও অতুগী থোং নমথায়রে। মখোয় কনামত্তা মনুংদা চংলমদে। হুঙ্গাম মরু থরা অপণ্ডদা পিরগা অবমবত্তুদা মনুংদা চংলগা হুঙ্গাম মরু অতু চায়য়ু অত্তুগা ফংনবা পোৎশিংতু পুথোরকউ খাজিনখিরম্মী। অপণ্ডনা হুরানবশিংনা তাকপা মতুং ইন্না মনুং চৎিতুনা হুঙ্গাম মরু চায়রে। মহাক্না ফংনবা সনা উপু, লুপা উপু, মমল য়াম্রবা পোৎ খুদিংমক মপান্দা পুথোকতুনা থমলে। অকোনবদা অপণ্ডনা হুঙ্গাম মরু চায়বদা পুংজাও অমা থেংনরে। পুং অতু চাও-মনখিবনা অপণ্ডনা পুথোকপা ডমদতুনা ডাইহাক্তংবু য়ৈগে থন্দুনা পুং য়ৈবা হৌখরে। পুং মখোল তাবদা নিংথৌনা চিংবা মনাই পুম্নামক খুৎলাই পাইতুনা লাক্লে। হুরানবশিং অতু মথরায় হিংহৌরগা লোয়রে থন্দুনা পোৎ পুম্নামক হুন্দোকলম্লগা চেনখিরম্মী। নিংথৌনা মপান্দা পৈতুনা লৈরম্বা সনা লুপাগী উপু শিং উবদা শোয়দনা হুরানবা চংলে থংতুনা মতুংদা চংলকপদা অপণ্ডনা মমিৎ মনা উইশিন্দুনা পুং য়ৈবম্বতু উরম্মী। নিংথৌনা অপণ্ডবু হুরানবনি হায়তুনা ফারে। অপণ্ডনা "ঐ হুরানবা নচ্চদে, হুরান-বশিংনা ঐবু পুরকপনী মখোয়না হুঙ্গাম মরু চায়হন্দুনা ফংনবা পোৎ পুম্নামক পুথোরকউ হায়বদগী ঐনা মপান্দা হোনদোক-প্রবনী। পুং অসি ফংনবদগী ডাইহাক্তং হরাওথোকে হায়তুনা য়ৈরিবনী অতুনা ঐবু থাদোকপিউ হায়জরকই।" নিংথৌনা অপণ্ডবু হুংশিবিতুনা সনা ময়োম অমা পিরগা মতুংদা অমুক হুরানবা চৎকে থনগনু লন্ধী চুম্না চৎখিগদবনী হায়রগা অপণ্ডবু থাদো-কপিরে। অপণ্ড হরাওনা সনা ময়োম অতু মখাংদা কিশিল্লগা চৎখি। নিংথৌনা লণ্ডী চুম্না চৎলু তাকপিরকই থন্দুনা অপণ্ডনা পুথি অমা ফংনরবসু থৈদুনা চৎতে ইরোইতুনা লাম্থোকলম্মী।

মীগী য়ুম কয়া শংনয়বগু "মচুম্বা অঙীদা চৎলিবনী হায়রতুনা 'য়ুমথক্তা কাথৎলগা চোংথতুনা লাম্ভোকই। নোংঙাল্লক্লবদা অপঙনা ঙোংনাং পাম্বী অচৌবা অমা ফেংনরে। 'উজাও অহু লাম্ভোক্কে মমতুম্না অপঙ মথক্তা কাগ্রে। মরাইবক থিবনা শুম্থরককুনা উশা অচৌবা অমদা য়ান্দুনা লৈখিরম্মী। ভাইহাক্কী মতুংদা শামু তোংবা অমা লাকপা অপঙনা উরে। মহাক্না "ও শামু তোংবা ঐবু থয়া লৌথবিরম্মুবা।" শামু তোংবা নীপানা "অপঙবু উবদা খুংঙাই-ভতুন। থাৎদবিগে খল্লতুনা শামু মথক্তা লেপথৎলগা অপাঙগী মখোঙ পায়রম্মী। খুদক অতুদা শামুদু চৎখোকখিবদগী নীপা অতুন্দু অপঙগী মখোং পায়তুনা য়াল্লগা লৈহৌরে। ভাইহাক লৈরগা শগোল তোংবা নীপা অমমুক লাকপা মখোয় অনিনা উবতুনা লাওবকই "ও শগোল তোংবা ঐখোয় অনিবু চান-বিতুনা থাংদবিরম্মু।" শগোল তোংবা নীপানা মী অনিথক উশাদা য়ান্দুনা লৈরিবতু উবদা মতেং পাংবীগে নীংতুনা মাগী শগোল মথক্তা লেপখৎলম্মী। মহাক্না শামু তোংঙকপা নীপা অতুগী মখোং হেক পায়বদা শগোল অতুন্দু চেম্থোকখিতুনা মহাকন্দু য়ান্দুনা লৈহৌরে। তৌরিবা থৌদৌ অতু উবদা অপঙনা নোকনিংঙনখিতুনা থুবাক ফুরগা অমুক্কংদু নোকহৌথিগে হায়রগা মথুং থাদোকলুবদা মখোয় অহুম মথাদা তারক্লম্মী। শগোল তোংবা নীপাতু থ্বায়গী মথা থংবনীনা মখোং তেকলম্মী। শামু তোংবমা মথুং অনিমক তেকলে। লাইগী থৌজালনা অপঙদি কম্বিশু শোকখিদে। মহাক য়াংনা চৎখিতুনা ময়ুমদা থুংলম্মী। মনাও নীপা 'হল্লকতে হায়তুনা চিন্তা তৌহুনা ফমলম্বাময়াম্বনা মনাওবু উবদা "কদায়দা চৎলুই হায়না শাওনা হুংলকই।

অপঙমা নিংথৌ কোম্মুংদা হুয়ানবশিংনা পুহুনা হুয়ানবা চংলুবগী





"ও শগোল তোংবা ঐখোয় অনিবু চানবিহনা থাংদবিরম্মু"

য়াল্লী খুল্লিসক ময়াম্বদা লীরম্মী। অপওনা, সনা ময়োমচু নিংথৌনা অমা পীরক্লপনি হায়ত্থুনা ময়াম্বদা শিন্নরে। ময়াম্বনা ময়োমচু হাংলুবদা, অমা মত্তুম ময়ামচু উবদা হন্নাওরম্মী। মথোয় অনি সনা ময়াম অচু য়োন্দুনা চাবা থকপা ম্লাংতনা মুংঙাইনা পাল্লে। থুন অচুদগী শিংগ্রবী মুপী অমা হায়নকহুনা ময়াম্বনা অপওবু হান্না লুহোংবিরে। থরনি মতুংদা ময়াম্বসু মুপী অমা থিচ্ছুনা মখোয় মরি লৌরী শিংজা চাঙনা লৈছুনা মুংঙাইনা পুকচেল খোয়জেল তিন্নুনা পানখিরম্মী।"

*****

# রানী হিংচাবী

থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী তালোয়না মচানীপা অনি থমলম্লগা নৌনা নোঙ্গাখি। নিংথৌনা মচা অনিবু মমাগী অরাংপা খংহন্দনা লুনা চাননা য়োকলকই।

নোংমা লৈবাক্কী মহারানী লৈত্রে খ হুনা হিংচাবী অমনা লৈমরেন ফমথোল পামবদগী নিংখোগী পুথ্রিদা হৌরিবা থম্মাল মরক্তা পুক্লিং হুনা নিংথিজরবী লৈশাবী অমগী শক্তম লৌরগা ইরোই-হুনা শাম্মরম্মী। নিংথৌনা ইক্ক মাইথগে লাকপদা থম্মাল মরক্তা শান্নরিবা ফজত্রবী লৈশাবীহু উক্কবদা মবুক্লিংনা খোয়দারুরে। মহাক্না লৈশাবীহুদা "থম্মাল মানবী ইবেমা নংবু তাইবং মীরা নত্রগা খোইয়ুম লাইরা? তাইবংমী ওইরবদি নিংথৌ ঐগী তালোইশিদা চনহুনা নুংঙাইনা থম্মীগে।" লৈশাবীনা "ইনিংথৌ ননাই ঐহাক থাম্লবা থুঙ্গং অমদগী লাকচবনী, ও লাংবা খাংবা ওমজদবদগী পুথ্রিসিদা ঙাইহাক্তং হক্চাং ইংহনজরমলিবনী। ইনিং-থৌনা নমাইন্দু মহারাণী ফমথোল হাপ্পিরবদি ননাইগী পোকপগী মহৈ য়াঙ্গবে থনজগনী।" পাঙ্ডথুমলকপা য়ারা মতুং ইন্না নিংথৌনা লৈশাবী অহুবু কোন্নংদা পুখিহুনা লৈবাক প্রজা পুম্নামকন্তা খংহন্নন মহারানী ফমথোল হাপত্রে। অহুম্না হিংচাবীনা তাইবং মীগী শক্লোন লোহুনা নিংথৌগা শেগা মাইগা লৈমি–

হৌখিরম্মী। রাজকুমার অনিনা মমা-তানবু হিংচাবীনি খংদবনা মথোয়বু পোকচবা মমানি খনদুনা লোয়নজে। মহারানী হিংচা-বীনদি অঙাং অনিবু মতম পুম্নামক্তা তমখিবা মিয়েংনা য়েংবিরম্মী। মতম মতমদা মহাক্না হিংচাবীগী রাখল লাকপদা অঙাং অনিবু চাথোকনিংখি। অদুবু নিংথৌবু কিবদগী রাখল ফাজিনদুনা চাবা ঙমখিদে।

নোংমদি হিংচাবী মহাবানীগী মবুরিংদা যক্তবা লৌশিং তমা লাক্লে। "ঐনা চাবগী মহুত্তা যুমদা লৈহৌরিবা অহল গুইরবা ইমানা চাক্তসনু, অদু গুইববদি ঐগী ইরালস্তু লৈবরোই, নিংথৌগী চৈবাকস্তু ফংলরোই।" রাখল অসি খন্দুনা নোংমা নিংথৌদা হংগৎলি "ইনিংথৌ ইচা অনিসি পুদুনা নোংমতং ইপামদা চৎকগে।" হিংচাবীগী রাদু নিংথৌস্তু যারদুনা হুমিং তক্‌বা অমা য়েংলগা মচা অনিগা লোযননা মপামদা থাখিরম্মী। হিংচাবী মহারানীনা শোংলবা উনং অমদা অঙাং অনিবু পুদুনা চংথ্রে। শুরবা উমংদুগী পিরুবা যুমমচা অমদা অঙাং অনিবু হবোক্তী যুমনী হায়দুনা পুশিল্লে। অহল গুইরবী মমা হিংচাবাদু থোরকতুনা মচাবু ওকলম্মী। মহাবানী হিংচাবীনা "ইমা হৌজিক-কতী ঐহাক মহারানী ওইববনী, ঐগা লোয়নরক্লিবা নীপামচা অনিসি নিংথৌগী লৈমা অহনগী মচনী।" হিংচাবী হঙবীনা অঙাং অনিবু চাথোকদবকুম য়েংলম্মী। মহাবানী হিংচাবীনা লোম্না মমাদা হায়বকই ইমাস্তু অহল ওইরবনিনা চীঙ্গাক তানবা চৎপস্তু রারম্নগনী অদুনা ঐ অঙাং অনিসি থমলমগে, নোংমগী মচেৎ মচেৎ শেংদুনা ইমাগী চবা তমগৌ।" মমা মচানা লোম্না শারবা রারীদো অঙাং অনিনা লুমদুনা তাবম্মী। মথো-মমানী হায়দুনা খঙবমবদু হিংচাবী ওইরম্নবদা কিবনা থক থক নিকথ্রে। মুংথিলগী চাক উশিং চাবা মহারানী হিংচাবীনা

"অঙাংশা নখোয় নবোক্কীদা খরনি লৈহৌ ঐদি ঙসি হনদবা য়াদে।" অসি হায়রম্নগা হিংচাবীছু চৎখ্রে। হিংচাবী মবোক্পা অঙাং অনিবু লুনা চান্ন তৌশিন্নহুনা ইমুংদা পুশিনখিরম্মী। নিংথৌগী ঈনিনা মরিল ফরবা অঙাং অনিনা অকি তুজুং লৈতনা হন্নবী অতুগী মবুক ওন্নবা ইবোক ইবোক কৌশি-ন্নহুনা মশাবু মন্বীবনে, মশমবু হাংপিবনে তৌরম্মী। মখোয় অনিগী মতৌহুদা হিংচাবী হন্নবীনা হেক চাবা ঙমদহুনা হয়েং চাগে, হাংচিং চাগে খন্দুনা লৈখ্রে। অন্তুম লৈমিন্নরকপনা হিংচাবী হন্নবীনা অঙাং অনিবু ন্নুংশিবা পোকখিরম্মী।

নোংমা হিংচাবীনা অঙাং অনিবু উমংদা কোয়বা পুবিরম্মী। মপোকঙৈগী উমংগী ফজবহু উরকতবনা মখোয় অনিনা হিংচাবীদা অসিনা করিনো? আদগীসিনা করিনো? ন্নাহং হংবগী লেপ্পা লৈতে। হিংচাবী হনুবীনা অসিনা ঈশিং চাউবী পান্বীনি, অসিনা তিনফা চাউবীনি হায়হুনা পান্বী অহুনখক মখোয়দা য়েংহল্লম্মী। অঙাং অনিনা পান্বীশিংসিনা করি কান্নবগে হংঙবদা হিংচাবীনা "ইশুশা ঈশিং চাউবী মনানা ঈশিং চাউহনবা ঙম্মী, তিনফা চাউবীনা তিনফা ঙাক্পা থোকহনগনী অতুগা মৈ চাউবী মনানা মৈ হৌহনবা ঙমগনী।"

নীপামচা অতোম্বহু য়ান্না শিংলম্মী মহাক্পা তুমিন্না লৈথহৌরগা পান্বী অহুমদগী মনা অমমম হেক্কুনা লোৎশিন্দুনা পুরক্রে। হিংচাবী হন্নবীনা থেংলেহল্লসি হায়বদা মখোয় অহুম য়ুম অতুদা অমুক হল্লকলম্মী। ন্নুমিদাং অহুমা মচিন মনাও ন্না তান্নখ্রে। নোংঙানবগা মখোয় অনীনা য়ুমহুদগী লোন্না চেল্লকলম্মী। হিংচাবী হন্নবীনা চেনখ্রে হায়বা থংহুনা তান্নরক্লে। নীপামচা অতোম্বনা ঈশিং চাউবী মনানা হিংচাবীগী মাইগৈ মরিদা ঈশিং চাউহনখ্রে। হিংচাবীনা ঈরোইহুনা তান্নরকপদা তিনফাচাউবী মনাহু

ছুনবদগী হিংচাবীহু তিনষ্কানা য়োমশিনথিরম্মী। হিংচবীনা তিনষ্কা ল্মোথোক্পা লাক্লরিঙৈদা মৈ চাউবী মনানা মৈ হৌইন্দুনা হিংচাবীহু মৈনা চাকতুনা মথৱায় থারে। অঙাং অনিহু হান্না ল্লানা কোম্নুং য়োৌখি। মহারানী হিংচাবীনা অঙাং অনি হল্লকপা উবদা পাখৎখ্রে। মচা অনিনা মপা নিংথৌদা "ঐথোয়গী ইমাসি হিংচাবীনি, মহাক্না ত্যাইবংমীগী শক্তম লৌবগা লৈরিবনী।" মখোয়না হিংচাবী হনুবীবু হাৎলম্বগী ল্লান্নী পুম্নামক তমলন্দী। মহারানী হিংচাবীনা মহাক্কী অরোনবা ল্লান্নী খুদিংমক নিংথৌনা থংগ্রবদা লৈবা ম্নারবোই খন্দুনা হিংচাবীগী শক্তম লৌখে। মহাক্না ঙংলদুনা "নখোয় পুম্নামক ঐনা নোংমা নোংমগী চল্লা তমনা চাগনী লাওরক্নম্মী।" নিংথৌগী লানমী শিংনা খুদক্তা হিংচাবী অদুবু থাংশাংনা মতুপ মতুপ ককতুনা হাৎতোক্লে। অসিগী তুংদা নিংথৌনা মুপী থিবগী ল্লাথল থাদোকতুনা মচা-নীপা অনিগা লোয়ননা দুংঙইনা পানখি।



# ছিয়াংখো

থায়না মমাংঙৈদা লাইরবা মতৈ মনাও অমা লৈরম্মী। মখোয় অনীনা পুন্না থবক শু তান্দুনা মপুন্সি হিংজে। মুপী অচু থা কুম লেপখিবদগী মপুরোয়বনা মহাকপু থবক শুবা থোকহনখিদে মশা মথন্তনা থবক শুহুনা শেন তাল্লগা মাগী ইমুং মনুং চরা হেন্দনবা হোংনজে। নোংমদি মহাক্না মুংভাইবা ইমুং অমদগী শেন পুরুরগা মুপী অচুগী থা মরি মঙাগী চানবা থম্মীরম্লগা মীরৈবাকতা শেন খরা তাল্লুগে হায়দুনা চৎখিরম্মী। মপুরোয়বনা থমলম্বা খরদুনা মুপীচু মপান থোকতনা মুংভাইনা পাল্লে। থাবুং মঙা হৌখ্রবদসু মপুরোয়বা হল্লকখিদে। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা মুপী অদো থা কুম শুজিল্লকলম্মী। মপুরোয়বনা চানবা থমলমবসু লোইশিল্লকখি। মপান থোকতুনা থবক শুরু-গদবসু মশা মুংভাইরক্কবদগী থোকখিদে। থংহৌদনা অনাবা চেঞ্জিল্লকতুনা মহাক ফমদা তাখি। মুপীচু হৌগৎতুনা চৎপগী পাঙ্গল লৈখিদে মশা পুম্নামক ঈশিং ওনশিল্লকখি। মপুরোয়বা করম্বা মতমদা লাক্কনি হায়বা রাখলনা মিৎত্তগী পীরাং লেপ্পা লৈতনা শিন্থুজে। য়ুমলোম্নবশিংনা কয়াদি য়েংবিগনী। ময়াম্না মপুরোয়বগী মথক্তা য়াম্না শাওখি। কুইনা অসুম নাশিল্লকল-বতুদা ময়ামনা খো শাবিখিদে। মুপী অচু অনাবা হেঞ্জিল্লকতুনা

মথৱায় থারম্মী। য়ুম লোন্নবশিংনা শিরে খংদবদগী মুমিৎ নিনী হুমনীহু চংলমদে। অশিবত্ত হুমনী শুবা মুমিৎতা হৌদোংনা কানখিবদগী হিয়াংথৌ ওনখিরম্মী।
মীরিবাকতা শেন তানবা চৎখিবা মপুরে'য়বনা নুপা ময়োম অমা পুরহুনা মুমিদাংদা ময়ুমদা হল্লকলম্মী। মতাক্তা হৱাওনা মাগী নুপীদা থোং হাংদোকউ ঐ লাক্লে হায়না হম্না হম্না কৌরকই। হিয়াংথৌনা শুল্লবী নুপী অহুনা "থোং লোনদে, অহুম চংবিরকউ।" নীপা অহুনা থোং ইল্লুবদা গ্রোং লাওনা হাংদোকখ্রে। নুপী অহু মশম মনা ইফা ফ, কোয়চৎ চৎতুনা লৈবম্মী। মপুবোয়বনা মহাক্কীনি লৈরকপা ফিরোল শিংহু পিক বদা থৌ শাখিদে। মমিৎ লাওথোক্লগা চাগদবগুম ময়া খিগৎলকই। নুপী অহুগী মওং অহু উবদা মপুবোইবহু কিবনা মশা থক থক নিকলম্মী। মতাক্তা নুপী অহুগী পোকখায়রবা মশা মউ উবদা শোয়দনা হিয়াংথৌ ওল্লে হায়বসি খংলম্মী। নীপা অহু মক্কম অহুদগী তু হন তু হন চংখিহুনা থোং হাংদোকলগা "লৈকায় লৈকায শা থোং হাংদোবউ" লাউব লাউরহুনা মথৱায় হিনবা চেল্লম্মী। অহিং মতম ওইবনা নীপুম খুদিংনা তুমথনখিবা তাঙ্খা থোক খবনা কনামতা থোং হাংদোকপিরকত্রে। হিয়াংথৌনা মহাকপু তাকরক্লে। ফংংদবা থজিত্তুং ডাইরবদা নীপাহু উপ ই লৈতহুনা উরিকশিবী পাম্বীগী মথক্তা কাখৎখিহুনা উনা মবক্তা লোৎতুনা লৈখিরম্মী। উরিকশিবী পাম্বীহু হিয়াংথৌনা শোকপা য়াদবা পাম্বী অমা ওইরম্বনা হিয়াংথৌ অকিবা পোক্লে। মহাক্তা ডলহুনা নীপা অহু তা'বরুবা উনা মরকতুদা মুং লংশিনবা হৌখ্রে। অঙ্গুম্না হিয়াংথৌনা নীপা অহু হাংকদবগী ফমহুনা ডাইবদা নোংডাল্লমদাইগী উচেক ৱায়া খোংলক্লম্মী। নোং ডানথোরকপা উবদা হিয়াংথৌ লৈবা য়াক্তহুনা য়ুম অহুদা

অমুক চৎখিডুনা অশিবা ওইনা তাডুনা লৈখে। হিয়াংথৌ চৎপ্রবদা নীপাডু উথক্তগী কুমথরক্তনা মাগী য়ুমলোম্নবা শিংদা চুমিদাং অতুগী য়ারীডু লিরম্মী। মথোয়না য়ারী অডু তারগা "নংগী মুপীদি য়াম্না কন্না নারিবনী" য়েংলুসি হায়নডুনা খুনগী মীয়াম শিংনা য়ুম অতুদা লাক্লে। মথোয়না ইমুংদা চংডুনা য়েংলুবদা মুপী অডু শিরে হায়বা খংলম্মী। খুনগী লাইতিনগী মরমদা খংবা অমনা য়েংবদা হিয়াংথৌ ওল্লে হায়বা তাকলে। মহাক্না "হৌজিকমক পোৎলোয়দবা য়াদে নত্রবদি চুমিদাং খুদিংগী হিয়াংথৌ ওনডুনা খুন লৈদা অরাবা তাগনী" খুনগী মীয়াম মাম্নডুনা মুপীডুবু পোৎলোয়খি। মপুরোয়বডু মাগী মুপীবু নীংশিংলুবদা মথম্মোয় শোক্না কপলম্মী। পুম্নমকসি মহাক্না ময়ুম থাদোকতুনা চৎলুবদগী থোকখিবনী খনবদা য়াম্না নীঙমখিদে। মাগী মুপীগী শ্রাদ্ধকর্মনা চিংবা লোয়রবা মতুংদা ময়ুম অডু থুগায়ডুনা লৈরিবা য়ুমফম খরডু য়োম্থোকলম্লগা অফংবা লুপাডু পুডুনা মহাক্না তীর্থদা মপুন্সি চুপ্পগী ওইনা লাইনিংডুনা লৈখিরম্মী।



# লমহুই অমসুং কৈশাল

থায়না মমাংৈডদা নিংথৌগী শামু য়াইশা অমা মফম খংদনা য়াংখিরম্মী। নিংথৌ মনাইশিংনা মফম মফম খুদিংদা শামু য়াইশাহু থিবা চৎখি।' মাংগ্রিবা শামু য়াইশাহু জঙ্গল অমগী মনুংদা শিহুনা লৈবা লমহুই মতৌ মনাও অমনা উরে। ওশিবা শামুহু উবদা লমহুই মতৈ মনাওনা মখোয়না মচিঞ্জাক অমুক তান্নবহু চাউরবা শামু অসিগী মবুক মনুংদা চংহুনা লৈরবদি মতম খরদি মুংঙাইনা ফমচা চাগনি খল্লুবদা মবুক্লিং হরাওজরম্মী। অস্থুম্না লমহুই অনিহু শামুগী মবুক মনুংদা চংখিহুনা শামু অহুবু চাবা হৌখি। মুমিৎ নীনি হুমনি মতুংদা লমহুই অনিহু শামুগী মবুক মনুংদা লৈবা ঙমলকতবদগী মপান থোক্লগে খল্লকপদা থোকফম থংখিদ্রে। তাঞ্জা অহুদা 'নিংথৌ মনাই খরা শামু য়াইশা থিরকপদা মফম অহুদা থুংলরে। মখোয়না অশিবা শামুহুবু তুমলিবনি খন্দুনা মনাক্তা চংলক্লম্মী। মী খরা লাকপগী শহুম ফংবদা লমহুই অমোমনা লৌশিং তৌহুনা শামু শারগা মনুংদগী "হে নিংথৌ মনাইশা ঐ হৌগৎপা ঙমদ্রে অহুনা ঐনী অমাংথোংদা ঘি, থাও নোইয়ু অহু ওইরবদি ঐ হৌগৎলক্কে।" নিংথৌ মনাইশিংনা শামু পুহুনা নিংথৌদা শিন্নরুরবদি মনা চাউনা ফংগনি খনবদগী ঘি, থাউ তিং কয়া পুরক্লুনা শামুগী

মথুনদা শামু মনিংহু নৌথরে উবদা লমহুই অমোমনা অমুক লাওরকই "নখোয় য়াম্না লাপ্না হন্দোকউ ঐহাক হৌগৎ লক্লবনি। নিংথৌ মনাইশিংনা লাপ্না চথোকখিবগা লমহুই অনিহু শামুগী মথুনদগী চোংথোরক্লুনা মথয়ায় হিংনবা চেল্লম্মী। নিংথৌ মনাইশিংনা তান্নহুনা লমহুই লাবহু ফাহৌরে অহুগা শরিক শায়াক ফবা লমহুই অমোমদি নাম্বোকতুনা চেনখিরম্মী। নিংথৌ মনাইনা লমহুই লাববু কোন্নুংদা পুরক্লুনা নিংথৌদা য়ারী পুন্নামক তাকলম্মী। নিংথৌনা লমহুই লাববু হয়েং ইমুং ঙানবদা মঙক ককতুনা হাৎলু হায়বা য়াথং পিখ্রে। অহিং অতুমা লমহুইবু শশোল মরক্তা পুনহুনা থমলে। নুমিৎ অহুগী অহিংদা কৈশাল অমা শগোল চাগদবগী নিংথৌগী শগোলশঙদা লাকপদা লমহুইগা উম্নরম্মী। কৈশালনা "করিনো শুতো মামু শগোল মরক্তা নংহু য়াওনা লৈরম্লিবদি ?"

লমহুইনা "করি হায়নি বোরো মামু নিংথৌনা মাগী মচানপীবু লুহোংহুনা পীগে হায়বদা ঐনা য়াদবদগী হয়েং নোংঙানবগা লুহোংবিগনী হায়হুনা ঐবু ফাজিন্দুনা থম্লিবনী।" লমহুইগী য়া তাবদা কৈশাললনা "অহুদি য়াম্না লাইবক ফবগী য়ানি। ঐ হুন নিংথৌগীময়া ওইনিংথ্রেদ।।"

লমহুইনা "বোরোমামু ঐবু কিরিবসি থাদোকউ ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ মচানুপীনি নং লেজিংহৌরো।"

কৈশালহু হরাওনা য়াহুথা লমহুইবু থাদোক পিরে। লমহুইনা কৈশালবু নাগী মহুং শিন্দুনা থোরীনা য়ুম্বীহুদা পুন্দুনা থনমলৈ। নোং ঙাল্লে। নিংথৌ মনাইনা লমহুইবু হাৎকনি লাকপদা লমহুইগী মহুত্তা কৈ অমা লৈরমলবদা অঙকপা ফংলে মথোয় ময়াম চংহুনা কৈশাল অহুবু থুদক্ত হাৎতাকলে। কৈশালহু নিংথৌ মচানুপী

হংনিংঙুবদগী মথরায় থারম্মী। অমরোমদনা লমহুই লাখনা জঙ্গল তম্না চেনখিহ্না মাগী মুপীদা হ্নারী থুদিংমক লিহ্না শিদ শিদ নোকমিন্নথি।

# কান্নুগী লৌশিং

থায়না মমাংঙৈদা শুক্রবা উমং অমগী পিক্লবা খাংপোকশঙ অমদা হিংচাবী অমা লৈরম্মী। উমং অতুদগী লাপতক্লা খুঙ্গং অমদা হিংচাবীনা ভিক্ষারী শাতুনা মুমিং খুদিংগী ভিক্ষা নিবা চৎলি। মহাক্লা মরক মরক্তা মী লৈতবা তাঞ্জা য়েংতুনা খুঙ্গং অতুদগী অঙাং অমমম ফাতুনা পুরকলগা চাথোকলম্মী। খুঙ্গং অতুদা ইতৎ তত্তুনা অঙাং ময়েং তারক্লবদা মমা মপা ওইবাশিং মীপাইনখি।

নোংমা মুমিং অমদা লম হেল্লবা নীপামচা কান্নু অমদি মান্নু না শান্নরিংঙদা হিংচাবীনা ভিক্ষা নিবা লাকখি। অঙাং অনিবু উবদা হিংচাবীনা মখোয় অনিসি পুরবদি মুমিং থরনিদি মপান থোক্তনা চারগনি হায়না মবুক্লিংদা খল্লম্মী। হিংচাবীনা নিপা মচা অনিদা "ইবুঙো অনি, ঐগী য়ুমদা থৈবোং হৈনৌ য়াম্না লৈহৌরে ঐদি ইথন্তনিনা চবিনবা লৈক্তে অতুনা নখোয় অনি অঙম্বানথৈ পুজখো" হিংচাবীগী ৱাতু তাবদা কান্নু অমদি মান্নুনা থাজহনা হিংচাবীগী তুং ইন্দুনা চৎখিরম্মী। য়াম্না লাপ্না চৎলবা তুংদা উমং অতু য়ৌখ্রে। হিংচাবীনা মখোয় অনিবু খাংপোকশঙ অতুগী মনুংদা পুশিনখিরম্মী। য়ুম অতুদা মীগী শরু শয়াং ওাক্তা তারম্বা উবদা নীপামচা অনি কিবনা থক থক

মিকলে। নখোয় অনিনা হন্নুবী অহু শোয়দনা হিংচাবী ওইরমগনী হায়বহু খংলম্মী। নীপামচা কান্নু মরৌশিং লৈবা অঙাং ওইবনা করম্না হিংচাবীগী মখুংতগী নাম্ভোকতুনা চেনসিগে হায়না ৱাখল থনবা হৌরম্মী। মহাক্না মান্নুদম্ভু মফম অহুদগী চেনখিনবা লৌশিং ভ্তাকপিরে। অম্ভুম্না মখোয় অনি ৱা তান্নরিডৈদা নুমিৎ তাখিরম্মী। হিংচাবীনা হয়েংদগীদি তাইবঙ চিঙ্গাক চাবা ফংলরোই হায়হুনা নুমিদাং সিমদি মবুক থম্না চারসম্নু হায়হুনা অঙাং অনিবু মথেন মকোই তৌহুনা পিজরে। চান থক্নবা লোইরহুনা হিংচাবীনা থোং চেৎনা। লোনশিন্দুনা তুম্বা চংখিরম্মী। অহিং নোংয়াই য়ৌরবদা মিৎশেম খাংহুনা লৈরম্বা কান্নুনা মান্নুবু ৎৌদোক্লগা চেনখিনবা থোংগী পৌরোন শৎলম্মী। থোং হাংদোকখিবগী শহুম ফহুনা হিংচাবীনা মিকপ থোরকপদা অঙাং অনিবু উরে। মহাক্না খোন কম্না "নখোয় অনি কদায়দনো?" কান্নুনা "অবোক মপান থোকনিংঙে হায়শিন্নরম্মী।" হিংচাবীনা অঙাং অনিবু চেনখিদনবা মখ্বাংদা থৌরী অমমমনা কিশিল্লগা য়াংনা চংলক্কদবনী হায়হুনা মপান থোকহনখ্রে। মখোয় অনি মপান থোকখিবগা কান্নুনা মাগী পকেটতা য়াওবা চাকু মচাহুনা থৌরি অনিহু ককথৎলগা শুমন অমদা কিশিন্দুনা থনমলে। অহিং অহুদা অঙাং অনিনা মথৱায় হিংন্নবা লৈজবী মপাঙ্গন থাহুনা মফম অহুদগী চেনখিবম্মী। হিংচাবীনা অঙাং অনি চংলকত্রবদা থৌরী চিংহুনা য়েংলুবদদি শুমনহু ইমুংদা থরো মারো ওনশিল্লকখি। হিংচাবীতু য়াম্না শাওনা "ঙাইখো ঙসিদি থংগনি" হায়না খোল্লাও কম্না লাওহুনা তান্নরক্লে। কান্নুনা চেল্লবদি হিংচাবীনা শোয়দন ফংখিবা তারে খন্দুনা মান্নুগী মখুৎ চিংলগা শুরুং অমগী মনুংদা চংহুনা লোৎখিরম্মী। হিংচাবীহু শেরান্নবা মাইগৈদা চৎখিবদগী অঙাং অনিবু ফংদ্রবদা উমং অহুদা অমুক হনখি।

নোং ঙাল্লে, কান্নু অমদি মান্নু শুরুং মন্নুংদগী থোরকতুনা মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নখি। অঙাং অনিনা থৌদোক অতুগী ৱারীদু খুঙ্গংগী মীয়ই খুদিংদা লিতুনা ঙাহনখি।

মুমিৎ খরনিগী মতুংদা হিংচাবীনা ভিক্ষারী শারগা খুঙ্গং অদুদা অমুক লাকলম্মী কান্নুনা ভিক্ষারী হন্নুবীবু হেক উবদা হিংচাবীদু লাক্লে হায়দুনা কোয়লাও লাওরম্মী। খুঙ্গংগী মীয়ামনা মখুৎ চাবা খুৎলাই অমমম পাইদুনা চেল্লকলে। ময়াম চংদুনা ভিক্ষারী হন্নুবীবু তপ তানা ফুবদগী হন্নুবীদু হিংচাবীগী শায়োন ওল্লকতুনা মীয়াম মরক্তা হাৎলগে মতাঙম ঙংদুনা পায়শিল্লক্লে। খুন অদুগী মীয়ামনা থাংনা খরা য়ান, তানা খরা থিন তৌদুনা হিংচাবী অদুবু হাৎলম্মী। হিংচাবীনা শিখিবদগী খুন অদুদা অঙাং অমত্তা মাংখিদ্রে। খুঙ্গং অদুগী মীয়াম পুম্নমক অকি তুজুং লৈত্তনা য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরম্মী।

---

## মহারোল খোরজৈ খৌগল্লুগ, জানিবোননা কোংবা :

( ১৯৯৫ )

১। ডাইজবনি থাদোইনা লোই কারকপা (শৈরেং) / বীরেন লাইশ্রম

( ১৯৯৬ )

২। লমহৎকরবা পুন্সি (ৱারীমচা) / সুত্রাম

৩। ফিজংগী মরুমদা (শৈরেং) / পুখ্রম্বম নোনী

৪। অশোম্বা লৈ (শৈরেং) / লাইশ্রম মুসিজ্র

( ১৯৯৭ )

৫। মশা চায়বদি কমদৌনি ( ৱারীমচা ) / সুত্রাম

৬। [illegible]গী ৱারী লৌথুন ( পুরারী ) / কাম্বম চন্দ্রশেখর

৭। [illegible] ( ২ শুবা শরুক ) / এন বেমনী

৮। [illegible] চাওবা মপি ( ফাগী ৱারী ) / সুত্রাম

( ১৯৯৮ )

৯। খোজেল খোক্তবা ৱারী ( শৈরেং ) / সনামচা

১০। ইতিহাসকী লামায়গী মরুমদা ( ঐতিহাসিক ৱারীমচা ) / নীনা দেবী

১১। মমল পিবররোইদ্রবা ৱাকৎ ( ৱারীমচা ) / সুত্রাম

১২। ৱারী ওইগ্রবা ৱারী ( ৱারীমচা ) / নাওরেম রাজেন

( ১৯৯৯ )

১৩। অচাইবা ৱারেং ( ৱারেং ) / লাইশ্রম ৱাকচীং

১৪। অহাংবা মপি ( শৈরেং ) পুখ্রম্বম নোনী।

১৫। কবিগী ইদোম কপকনি ( শৈরেং ) বীরেন লাইশ্রম

১৬। জুবার ( নাটক ) সুত্রাম

১৭। কুন্দা ৱারী ( ৩ শুবা ) এন বেমনী